# স্বপ্নবাসবদত্তম্

( মহাকবি-শ্রীভাসগী )



অনুবাদক

শ্রীলোরেম্বম ইবোয়াইমাসিংহ



মমল লুপা ৩.৫০

প্রকাশক ঃ—
শ্রীলোরেম্বম ইবোয়াইমাসিংহ
ৱাংখৈ লোরেম্বম লৈকাই।




অহান্ব সংস্করণ
জুন ১৯৬৭, কোপী—১০০০



মুদ্রাকর ঃ—
জে, এম্, প্রিন্টিং ৱার্কস,
মোইরাংখোম জন্মস্থান, ইম্ফাল।

# শান্তি পাঠঃ

ওঁ ভদ্রং কর্ণেভিঃ শৃণুয়াম।
ওঁ তাজসনু ইনাকোংনা মঙ্গলবাণী।
ওঁ শান্তিঃ! শান্তিঃ!! শান্তিঃ!!!

# উৎসর্গ

"পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়ং যোমেভক্ত্যা প্রয়চ্ছতি।
তদহং ভক্ত্যুপহৃতমশ্নামি প্রযতাত্মনঃ॥ ২৬
যৎকরোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোষি দদাসি যৎ।
যত্তপস্যসি কৌন্তেয় তৎ কুরুষ্ব মদর্পণম্॥" ২৭

গীতা অঃ ৯

"মনা, মপাল্, মহৈ, ঈশিং ভক্তিগা লোয়ননা
কচ্চব ঐঙোন্দা, লৌই হরাওনা ঐহাক্পা,
ভক্তি খুদোল্ পূম্নমক্ মবুক্ শেংবশিঙ্গী।
অতৌব, অচাব, হোম-দান-তপ তৌব
পূম্নমক্, হে কৌন্তেয়! কথোকুউ ঐঙোন্দা।"

শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু।

# ভূমিকা।

**"স্বপ্নবাসবদত্তম্"** কৌব নাটক অসি মহাকবি ভাসনা লেংব ঐতিহাসিক নাটকশিঙ্গী মরক্তা মমিং ফাওব অহান্ব নাটক অমনি। মসি ত্রিবান্দ্রম নাটক তরাহুমদোইগী অমনি। মহাকবি কালিদাসগী 'অভিজ্ঞান শকুন্তলম' গী মরমদা অতৈ comment পীনিঙঙাই লৈতনা মমিংত তাবদা পণ্ডিতশিংনা শোম্নব অমস্তুং থাগংনবগুম্না 'স্বপ্নবাসবদত্তম্' সু মথন্তনা অতুমক্ ফাওজরবনি। মতুগী খুদম্ ওইনা ঃ—

"ভাস নাটক চক্রেঽপি ছেকৈঃ ক্ষিপ্তেপরীক্ষিতুম্।
স্বপ্নবাসবদত্তস্য দাহকোঽভূন্নপাবকঃ" ॥ ( সূক্তিমুক্তাবলী )

"The Svapna of Bhasa survived exposure to the fire of criticism, when his dramas were exposed to the ordeal by experts"—Keith Hist. of Sanskrit. Lit. P. XIII.

"Some have opined from the verse of Raja Sekhara that Svapna was a rival of Bhasa's work! This needs no comment, as it is obviously absurd."

শ্রীভাস, কালিদাসগী মমাঙ্গী মহাকবিনি। মহাক অসি কালি-দাস, বাণভট্ট, রাজশেখর, ভামহ, ডণ্ডীন্-নচিংবনা মমিংশোন্নরব অমসুং য়াম্ন থাগৎনরব—মমিংচৎলব ত্রিবান্দ্রম্ নাট্যকার কবিনি। থাইন-মমাঙৈদদি মহাক্কী মমিংত ওইনা তানরম্মী। খৃষ্টাব্দ-১৯১২ দা প্রস্তাবনাদা নাট্যকারগী নাম য়াওদব, ভাসনা লেংবনি হায়না নাটক তরাহুমদোই/তরামরি গণপতি শাস্ত্রীনা আবিষ্কার তৌখি। পণ্ডিত খরনদি নাটকশিংসি মহাকবি অসিগী original production নি হায়বসিদা চিংনরি ; অদুমক্পু,ময়াম্সি, ভাস অমদি মহাকবি অতৈগী production শিঙ্গী classical dramatic works গী Subsequent modifications নি হায়নৈ।

মহাকবি ভাসগী নাটকশিংসি পণ্ডিতশিংনা group তোঙান তোঙান্না খায়দোক্লম্মী। মতুদি ঃ—

| সরূপ অমসুং পুসল্কারগী মত। | দেবধরগী মত। |
|---|---|
| (ক) উদয়ন অমদি ঐতিহাসিক নাটক ঃ— স্বপ্নবাসবদত্তম্, প্রতিজ্ঞাযৌগন্ধরায়ণম্। | (ক) স্বপ্ন, প্রতিজ্ঞা, অবি, চারু। |
| (খ) Fiction অমদি মূল নাটক ঃ— অবিমারকম্, চারুদত্তম্। | (খ) রামায়ণ ঃ— প্রতিমা, অভিষেক। |

(গ) **মহাভারত নাটক ঃ—** বালচরিতম্, দূতঘটোৎকচম্, দূতবাক্যম্, কর্ণভারম্, মধ্যমব্যাযোগম্, পঞ্চরত্নম্, উরুভঙ্গম্।

(গ) **মহাভারত ঃ—** পঞ্চ, দূতবাঃ, মধ্যমব্যাঃ, দূতঘটোৎ, কর্ণভাঃ, উরুভং।

(ঘ) **রামায়ণ ঃ—** প্রতিমানাটকম্, অভিষেক নাটকম্।

(ঘ) **কৃষ্ণ ঃ—**Legend—বাল চরিতম।

অমামা ওইরবস্থু, স্বপ্ন, প্রতিজ্ঞা, প্রতিমা অমস্থুং চারু, মরি অসি মহাকবি ভাসগী শ্রেষ্ঠ নাটক্নি।

মহাকবি কালিদাসনা 'মালবিকাগ্নিমিত্রম্' গী প্রস্তাবনাদা মহাক্কী মথক্কী নাট্যকার অহুমগী নাম্ পল্লম্মী—ভাস, সৌমিল্ল অমস্থুং কবিপুত্র।

"প্রথিত যশসাং ভাস সৌমিল্ল কবিপুত্রাদীনাং প্রবন্ধানতিক্রম্য বর্ত্তমানকবেঃ কালিদাসস্থ কৃতৌ কথং বহুমানঃ"।

শ্রীভাসগী মরম্ অমদি মহাক্কী ব্রাহৈশিং quote তৌবা ভামহ, ডণ্ডীন্, বাণভট্ট, রাজশেখর, অভিনবগুপ্ত, ভোজদেব, সারদাতনয়, সর্ব্বানদ, রামচন্দ্র, গুণচন্দ্র, জয়দেব, সাগরনন্দিন, শকুন্ততলব্যাখ্যাদা থেংনগনি।

মহাকবি অসিগী ব্রারি শাবগী style শম্মী, লায়, লেম্না ফজৈ অমস্থুং চংনবি ঙাক্তনি। অতুনা পতঞ্জলিগী মতমদা সংস্কৃত কথ্যভাবা ( ঙাঙ্নব লোন ) ওইরম্বগুম্না ভাসগী মতমদস্থু

ওইরম্মী হায়না খ্বায়না লৌনৈ। অতুনা ভাস পানিনিগী মতুঙ্গী অমস্যুং কাত্যায়নগী মমাঙ্গীনি। ( 350 B. C. ) গণপতি শাস্ত্রীনদি মহাকবি অসিগী মতম কৌটিল্যগী মমাঙ্গীনি ( 4th century B. C. ) হায়। অতৈ Indian অমস্যুং European scholars না 3rd century A D. নি হায়।

কলিকাতা, পাটনা, এলাহাবাদ, বেনারস-নচিংব Principal University শিংদা নাটক অসি বি, এ, ( Sanskrit ) দা তৌরে। অফাওব নাটক ওইবদগী 'মণিপূরী' দা লৈহল্লিংবদগী অনুবাদ তৌজবনি। য়াবমখৈ মূল কায়দনা অমস্যুং Manipuri colloquial স্মু কায়দনা হন্দোক্চবনি। লান্দব ঙম্ব নত্তে মী হায়বসিদি অতুনা মহাশয় সুধীশিঙ্গী চরণদা আত্মসমর্পণ তৌজরি।

সংস্কৃত শ্লোক্শিং অয়াবমখৈ ছন্দশাস্ত্র কায়দনা ইজৈ; অতৈনা মণিপুরী ছন্দদা ইজৈ। মসিদা মণিমালা, জলধরমালা, ইন্দ্রবংশ, বিশ্বদেবী, লোলা, অনুষ্টুপ্, দীর্ঘ ত্রিপদী, শালিনী, বসন্ততিলক, ত্রিষ্টুপ্, নান্দীমুখী, বিদ্যুন্মালা, পয়ার, গায়ত্রী, লঘুত্রিপদী-নচিংব সংস্কৃত অমস্যুং বাঙ্গালা ছন্দশিং অতুগা Iambic অমস্যুং Trochaic নচিংব শিজিন্নতুনা ইজরি। মখোয়সিগী মরমদা মচা খায়না পরিশিষ্টদা ইজরি।

অসিদা শ্লোক ৫৭ য়াওই। মসিগী মনুংদা শ্লোক ২০ না মমিং লৈতব মনিপুরী পত্ত, অতৈনা সংস্কৃতনচিংবগী ছন্দ ঙাক্তনি। জগৎ অসি ছন্দময়নি; ছন্দ য়াওদবা কবিতা কবিতা কৌনদে

কবিশিংনা। 'মহাজন গতোযেন স পন্থা'—মহাজনগী খোঙ্গুন্ মতুং ইন্দুনা দেব ভাষাগী ছন্দদা মনিপুরী কবিতা ইজবনি। কনাগুম্বনা ভাষা অমদা অতোপ্প ভাষাগী ছন্দ পান্দুনা ইরবদি ভাষা অদুগী original ভাষা ওইদ্রে হায়না লৌনৈ অদুগা চংনদে হায়নৈ। মসিনা অচুম্ব তারবদি ছন্দ পান্দুনা মণিপুরীদা ঈশৈ শক্করিব অসিবু মণিপুরী ওইদবা তারে। ছন্দ অমা পান্ব কবিতা অমা ছন্দ অদুগী মতুংইন্না পাবদা Rhythm অমা হেক্তা পোক্লক্তুনা অপাবগী পুক্নিংদা মুঙাইবা অমা পোক্লকই। মুঙাইবা অদু কংবদগী দেবভাষাগী নিয়ম নাইব ছন্দ মতুংইন্না মণিপুরীদা ইজবনি। লৌবিব-লৌবিদবদি সুধীশিঙ্গী কৃপানি। —লাগাম্ থাহুনা থোক্লবা অমা হেক্তা ইববুদি মহাজনগী মতুং ইম্বনা ফে খন্দুনা ইজবনি।

অয়াওব অলঙ্কারগী বিচারসু পরিশিষ্টদা য়েংবিয়ু। অদুগা সংস্কৃত শব্দ, allusions, annotations নচিংবসু পরিশিষ্টদা য়াওরি। নাট্য শাস্ত্রগী সন্ধিনচিংবগী মরোল পরিশিষ্টদা য়েংবিয়ু।

মসিদা য়াওব অলঙ্কারশিং—অর্থান্তরন্যাস, উপমা, কাব্যলিঙ্গ, স্বভাবোক্তি, ব্যতিরেক, বিষম, উৎপ্রেক্ষা, বিশেষোক্তি, ব্যাজোক্তি, অপ্রস্তুতপ্রশংসা, তুল্যযোগিতা, বিভাবনা, অপহ্নুতি, ভ্রান্তিমান্, অনুমান্, পর্য্যায়, দৃষ্টান্ত অমসুং Apostrophe.

ভাষা—তৎসম, তদ্ভব, দেশজ অমসুং বিদেশীজনা তিঙ্গী মণিপুরীদা ইজবনি। ইতি।

বিনীত—

**শ্রীলৌরেম্বম ইবোয়াইমা সিংহ।**

# BIBLIOGRAPHY


১। 'স্বপ্নবাসবদত্তম্' — A. Sastri.

২। রঘুবংশম ১ম সর্গ — ,,

৩। গীতা ২য় অধ্যায় — ,,

৪। মহাভারত — কালীপ্রসন্ন সিংহ

৫। বাল্মীকি রামায়ণ — বসুমতী সংস্করণ

৬। বিষ্ণুপুরাণ — গোরক্ষপুর ,,

৭। শব্দ কল্পদ্রুম — — —

৮। অমরকোষ — চৌখাম্বা

৯। অভিনব শব্দানুশাসন — শ্রীব্রজবিহারী শর্ম্মা

১০। মাসিক বসুমতী ১ম খণ্ড--
[illegible] ১৩৫৫ সাল. —
শ্রাবণ 'খাঁটি বাংলা' —
প্রবন্ধ -- -- A. Sastri.

১১। Appendix, Inter English made Easy
by K. Banarjee 1949 Edition.

১২। আধুনিক বাংলা ছন্দ — নীলরতন সেন

১৩। অলঙ্কার জিজ্ঞাসা — শুদ্ধসত্ত্ব বসু

১৪। অলঙ্কার চন্দ্রিকা — শ্যামাপদ চক্রবর্ত্তী

১৫। ছন্দোমঞ্জরী — গঙ্গাদাস


( Edited by Dr. D. K. Kanjilal ).

# নাট্যদা য়াওব পাত্রশিং

## নিপা

সূত্রধার — সূত্র থীব = ( Stage manager )

রাজা — বৎসরাজ উদয়ন

যৌগন্ধরায়ণ — বৎসরাজ মন্ত্রী

বিদূষক — বসন্তক ( বৎসরাজগী চান্নব মরুপ )

ব্রহ্মচারী — লাবাণক্তা লৈব ছাত্র

কঞ্চুকী — রাজকুলগী লৈমকোন্ শেন্নব মগুণ লৈব ব্রাহ্মণ অহন ( A Chamberlain )

সম্ভষক ভট — পদ্মাবতীগী মনাইশিং

## নূপী

বাসবদত্তা — আবন্তিকাবেম শেংপী উদয়নগী অহান্ব মহারাণী ।

পদ্মাবতী — মগধরাজ দর্শকীমচন্—উদয়নগী অনিশুব মহারাণী ।

তাপসী — — — —

চেটী — পদ্মাবতীগী মনাইনূপী ( female attendents )

মধুকরিকা, পদ্মিনিকা— পদ্মাবতীগী মতাশিং অমদি মনাইশিং ।

ধাত্রী ( অহান্বা ) — পদ্মাবতীগী মপী (Foster-mother)

ধাত্রী ( অনিশুবা ) —বাসবদত্তাগী মপী ।

বিজয়া—প্রতীহারী ( বৎসরাজগৃহগী থোংশংবী ) ।

# সূচী



ইবোয়াইমাসিংহ

চন্দ্রাকাশ গ্রহ শশী খৃষ্টাব্দগী বসু।
থা রস তাং কুজবার বসুধা তম্বাক্তা ॥

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়।

মহাকবি —শ্রীভাসগী

# স্বপ্নবাসবদত্তম্

## স্থাপনা ( Prologue )

নান্দী শ্লোক থীরব তুংদা সূত্রধার চঙ্বা

সূত্রধার ঃ—

থোরক্‌প অনৌবা থাগী মচু মান্বা,
[1]পদ্মানা তিল্লব [2]মধুনা কল্‌হন্বা,
পুক্লিংবূ শুক্ষংপ বসন্ত ওইবদা,
পান্থোম্না ভাক্সনু [3]বলগী খ্বাইমক্‌পু॥ ১

মাননীয় সভ্যশিংদা খঙ্‌হন্‌জনিঙিঙ —আঃ করিনো ! চিঙৈনা লাউ-খোংব মখোল্ অমা তারিবসিবো ! খ্বাই খঙ্‌ননবা লাউ-থোক্‌চগে তৌরিঙৈদা ফরে, য়েঙঙুগে—

( নেপথ্যদা ) হন্দোক্‌পিয়ু, হন্দোক্‌পিয়ু, ইবুঙোথোয়, হন্দোক্‌পিয়ু !

---

১। লক্ষ্মীনা—ফজবনা। ২। য়ু। ৩। বল—বলরাম।

**সূত্রধার**—ও, খঙেঙ, খঙেঙ !

মচানূপী মতুংইন্ব মগধরাজ মনাইশিংনা।
তপোবনগী মীময়ান্নু তাম্থোক্পিরি য়াম্না থীনা ॥ ২

থোক্খিবা।

স্থাপনা লোইরে।

---

**অহান্ব অঙ্ক।**

রাজগৃহগী মনাক্তা লৈব আশ্রম মমুঙ্গী লম্বীদা চঙ্লগা।

ভট অনি—হন্দোক্পিয়ু, হন্দোক্পিয়ু, ইবুংঙোখোয় ! হন্দোক্পিয়ু।

( সন্ন্যাসী বেয শেৎপ যৌগন্ধরায়ণ অমপুং আবন্তিকা বেয শেৎপী বাসবদত্তা চঙ্লক্পা )।

যৌগন্ধরায়ণ— ( তারগা ) অসিদসু মী তাম্থোক্লিবসিবো করিগীনো ?

মবুক তপ্প উকুশেৎপ ইরাংপূজা তৌফম্ থোক্প,
পেঞ্জব—উহৈ-রাহৈদা লৈবশিংবু তপোবন্দা,
করিগী কিহন্ খংহন্বা ? (ক)
মঙক্ হাইগৎপ খোগাক্ নাইদব,
অপাইব লন্না শুস্কাৎপীরব,
কনানো মানা ওইহন্বিরিব,
আশ্রম্ অসিবু য়াম্না চীক্লব,
খুল্লক্ রাথোক্প ঈশৌ লাংলব ? (খ৩)

বাসবদত্তা—আর্য্য ! খ্বাইবু তাল্লিবসে কনানো ?

যৌগন্ধরায়ণ—মবেম্মা ! মশামক্পু ধর্ম্মদগী তাম্বোক্চরব মীনিদনা।

বাসবদত্তা—আর্য্য ! ঐনা হায়জবদি মতু নত্তে, ঐবুসু তাম্বোক্-
পিগদৌরিবরা ?

যৌগন্ধরায়ণ—মবেম্মা ! অসিগুম্ব মফম্মরাং খঙ্দব মফম্দা
লাইমক্পুসু উশিং থৌওইবিদে।

বাসবদত্তা—আর্য্য ! থৌওই-উসিত্তব'সিনা থরাই মুঙাইহন্দবা
অতুক্ লমশাং চৎপনা রাহন্দে।

যৌগন্ধরায়ণ—মসে ইবেম্মনা ভোগ তৌখ্রব—থাদোক্খ্রব বিষয়
ঙাক্তনি ; মতুগীদমক চিন্তা তৌবিরনু। করিনা—

নীঙ্ব-থুংনা হাম্না নংনা চৎখ্রব শাজৎ চীঙ্লেম্না।
চৎকদৌরি অমুক্ হন্না জয় ওইবদা নবুঙোনা ॥
চংলি মতম্ খোঙলৈ ইন্না অরা-মুঙাইবা পরেংনা।
উরু-উরু লৈবগুন্না কাঙ্খোঙ্গী মশা পরেংনা ॥ ৪

ভট স্বনি—থৈদোক্পিয়ু আর্য্যা ! থৈদোক্পিয়ু।

( কঞ্চুকী চঙ্লক্পা )।

কঞ্চুকী—সত্তযক ! তৌম্মু, তৌম্মু, অতুম্ ভাম্বোক্পা হৌনদে।
য়েঙঙু :—

লৈহন্গনু নিংথৌগী মিংচৎ ফত্তব,
আশ্রম্বাসিশিংবু তৌগনু শাথিনা,
কোক্লবৈ নগর শাজৎ উশিত্তব,
লৈররি আশ্রমদা পুক্চেল্ চাওবশিংনা ॥ ৫

ভট অনি—আর্য্য ! ফরে, মত্থম্ তৌরসি। ( থোকথিবা )

যৌগন্ধরায়ণ—সুঙাইরেদা ! নিপা অসিগী রাথল অসি চূন্না উই। নূপীমচা ! মাগী মমাক্তা চৎলসি।

বাসবদত্তা—আর্য্য ! মত্থম্ তৌরসি।

যৌগন্ধরায়ণ— ( চঙ্শিল্লগা ) মহাশয় ! মীয়াম্ তাম্থোক্লিবা করিগীনো ?

কঞ্চুকী—তাপসি !

যৌগন্ধরায়ণ—( মথন্তদা ) 'তাপসি' হায়না কৌবসিদি অরেম্ব মিকৌনি। অত্থুবু হৈনরক্তবনিনা ঐঙোন্দদি সুঙাইতরে।

কঞ্চুকী—তাবিয়ু ইবুঙো ! গুরুজনশিংনা "দর্শক" হায়না কৌনবা, ঐখোয়গী মহারাজগী মচন্ ইবেম্মা পদ্মাবতীনি। আশ্রমদা লৈবী মহারাজ মাতা মহাদেবীগী স্নানাক্তা চৎলুরিবনি। হৌজিক মমাসিজগী য়াথং লৌত্থনা রাজগৃহ তান্না লেঙবিরি। অত্থুবু ঙসিদি আশ্রম অসিদা লৈগে খন্বিরি। অত্থনা মহাশয়খোয়না ঃ—

যজ্ঞকাষ্ঠ তীর্থজল হৈ-লৈ-স্থ কুশ-নচিংব !
যজ্ঞগী মচাক্মখৈ লৌবিরো অপাম্বমখৈ॥
ধর্ম্ম পাম্বী রাজকন্যা য়েক্তবদি ধরমদা।
কুলব্রতনি মখোয়গী তপস্বী ময়ামগী॥ ৬

যৌগন্ধরামথয়ণ—( স্তদা )

খঙেঙদনা! মসি ওইরে, পদ্মাবতী কৌবি
মগধ রাজকুমারী—মহারাণী ওইনি
হায়নবা ঐখোয়গী মহারাজমক্কী,
পুষ্পক ভদ্র-নচিংব অহৈশিং-পাঞ্জিনা।
অতুনদি:— য়াম্না মুংশি মপূ নূপী মাবু ওইহন্নিংবদগী॥ ৭

বাসবদত্তা—( মথন্তদা ) 'রাজকুমারীনি' হায়ব তাবদা ইনাওগুম্না মাবু মুংশিরে।

( লোয়নবীশিং য়াওনা পদ্মাবতীগা চেটীগা চংলকপা )

চেটী—মজাইবেম্মা! লেঙশিন্বিসি, লেঙশিন্বিসি। মসি আশ্রম্নি; লেঙশিন্বিসি।

( ফম্লব্বী তাপসী অমা চঙলকপা )

তাপসী—মজাইবেম্মা! তরাম্ তরাম্ ওক্‌চরি, লেঙশিনবিরক্নি।

বাসবদত্তা—( মথন্তদা ) রাজকুমারী অতুনি মসি। মপা-মপু অচৌবনিনা মশক্ষু ফজৈ।

পদ্মাবতী—আর্য্য! খুরুমজরি।

তাপসী—পুন্সিয়ু। চঙঙক্‌উ নুপীমচা, চঙঙক্‌উ লাউ! তপোবন হায়বসিদি অতিথিগী ময়ুম্মক্নি।

পদ্মাবতী—ফনি ফনি, আর্য্য! তরাম্ তরাম্না তৌবিহুনা য়াম্না চান্বিরে।

বাসবদত্তা—( মথন্তদা ) মশক্ত নত্তেনা, মাহৈ-খোন্দাস্থ মধুরনিনা।

তাপসী—ভদ্রে! মহারাজগী মচন্ ইবেম্মবু হৌজিক ফাওবা কনাগুম্ব রাজাদা থাজদ্রিবরা?

চেটী—উজ্জয়িনীগী রাজা প্রদ্যোতগী মমৌ ইবেম্মা ওইনবগী হায়ন-খোৎনরি।

বাসবদত্তা—( মথক্তদা ) বাঃ বাঃ! মহাক্ অদু ওইরবদি হৌজিক্তি ঐখোয়গী মরি-মতা ওইরেদনা।

তাপসী—মতিক্ চায়, মশক্-মতৌ অসিনা অসিগুম্ব সন্মান ফংবা। রাজবংশ অনিমক্ অচৌবনি হায়না তায়।

পদ্মাবতী—আর্য্য! দান খরদং লৌবিদুনা ঐবু চানবিগদবা কনা-গুম্ব মুনিজন লৈগদরা? 'কনানা করি করি পাম্মী' হায়বদু লাউথোক্পিদুনা কৌবিরো, অপাম-অপাম্বদু ঐ কচ্চগে?

কঞ্চুকী—মজাইবেম্মগী ইচ্ছানি। কনা কনানো! আশ্রমদা লৈবি-রিব তপস্বিশিং! তাবিয়ু, ইবুঙোখোয় তাবিয়ু! মাননীয়া মগধ রাজকুমারীনা, খ্বায়না চাম্বিগনি খন্দুনা ধর্ম্মগীদমক দান তৌজগে হায়না কৌজরি ঃ—

চক্ কনানা পাম্বগে ফী-রোন্ কনানা পাম্বগে।
দীক্ষা ফংবনা গুরুদা কংনবা করি পাম্বগে।
মা-মানা পাম্ব হায়বিরো কনাদা করি পীদগে
ধর্ম্ম-পাম্বি রাজকুমারী ঙসি ভীক্ষা পীনবিরি॥ ৮

যৌগন্ধরায়ণ—বাঃ! উপায় অমদি লৈরেদনা। ( ফোংনা ) ঐ * প্রার্থী অমনি।

পদ্মাবতী—ইরাইবক ফরে, আশ্রমদা লাক্চবা মহৈ য়াল্লে।

* অনীবমী

তাপসী—আশ্রমগী তপস্বী পূন্নমক মথৱাই পেন্না লৈরিবনি। মসিদি কনাগুম্ব অতিথি অমা ওইরম্ব তাই।

কঞ্চুকী—মহাশয়! করি তৌজো হায়বগে?

যৌগন্ধরায়ণ—মসি ঐগী ইচন্নি। মপুরোইব হৌজিক মীরৈবাক্তা লৈখি। ঐগী ইচ্ছাদি—মজাইবেম্মনা মতম থরদং মাবু য়েংবি-খোৎপিয়ু। মরমদি ঃ—

শেন্থুম্ পামদে ভোগ্ পাম্জদে পাম্জদে ফী
শেংপা নত্তে ফীডাং থৱাই হিংন'মক্কী *
পুক্চেল্ তপ্সী জ্ঞান্ ধর্ম্ম চেন্বী মহাক্না
ঙাক্পা ঙম্মী লম্চৎ ইচন্গী তশেংনা॥ ৯

বাসবদত্তা—( মথন্তদা ) অহুনদি। আর্য্য যৌগন্ধরায়ণনা ঐবু অসিদা থন্মমগে থল্লবোইরে। থোক্পা তৌরসনু। বিচার তৌদনা তৌবা ওইরম্মোই।

কঞ্চুকী—মজাইবেম্মা! মহাক্কী'সিদি অরুব প্রার্থনানি। শোয়দনা তৌগে করন্না হায়গনি। মরমদি ঃ—

লম্থুম থৱাই তপস্যাদি পীরথোক্পদা অরায়বনি।
অরায়বনি অাতপুম্ব শেন্নব লুই থনম্ব প্রোং॥ ১০

পদ্মাবতী—আর্য্য! অহান্বদদি 'কনা কনা করি করি পাম্বগে' হায়না লাউথোক্খ্রগা, হৌজিক্ বিচার তৌবা মতিক্ চাদে। মহাক্না হায়রিবসি তৌবা তাই।

---

* হিংনবমক্কী হায়বনি, ছন্দগী শম্জিন্বনি!

কঞ্চুকী—মজাইবেম্মনা মতিকচানা তাকপিরে।

চেটী—সত্যবাদিনী মজাইবেম্মা পুন্সিসন্নু।

তাপসী—য়াইফবী নহাক্ম্ পুন্সিয়ু।

কঞ্চুকী—মতুমতৌরসি মবেম্মা! (চঙ্‌শিল্লগা) মহাশয়! মজাইবেম্মনা নচন্ ইবেম্মগী অভিভাবক ওইরনি তাকপিরে।

যৌগন্ধরায়ণ—মজাইবেম্মনা চান্বিরে! নূপী মচা! মজাইবেম্মগী নাক্তা চঙ্‌ঙু।

বাসব—(মতোম্‌ভদা) করি গতি লৈ? লাইবক্‌থিবীনিনা চৎপা তারে।

পদ্মাবতী—ফরে, ফরে, হৌজিক্তি মহাক ঐমক্কী মী ওইরেদনা।

তাপসী—মশক্-মতৌ উবদা ঐনা খন্বদা মসিস্তু রাজকুমারী ওইরমান্নে।

চেটী—আর্য্যানা অচুম্বমক্ তাক্‌পিরে। ঐস্তু মাবু লৈমাকোন্দা মোন্‌থাংনরক্‌প ওইনা খল্লি।

যৌগন্ধরায়ণ—(মথন্তদা) ফ্রেদা! থোদাং তঙ্খাই অমদি লোইরেদনা। মন্ত্রীশিঙ্গা খন্নখিব অচুমক্ চপ্‌চানা থোক্লেদনা। ইনিংথৌগী রাজ্য ফংলবা মতুংদা ঐনা মনাও ইবেম্মবু কচ্ছিল্লুবা মতমদা মগধ রাজকুমারীনা মনাও-ইবেম্মগী সতীত্বগী সাক্ষী ওইরগনি। মরমদি:—

থোক্লক্লি তাক্‌পিখিবশিংন অরাব পূম্ব
নিংথৌগী মহিষী হায়খ্রে পদ্মাবতি ওইনি।
ঐনা'ন্থু থাজবদগী অসি তৌই, তৌদে,
লাম্হোক্তুনা বিধিন চৎপিব সিদ্ধ বাক্য॥ ১১

ব্রহ্মচারী—( মথক্তা য়েংলগা ) নুমিং য়ুংলে। য়াম্নস্থ চোক্থরে। কদায়দা বিশ্রাম তৌসিবা ? ( কোয়চং চংলগা ) অচ্ছা, খঙ্লে। মনাক্ অসিরাইদা তপোবন লৈমাল্লে। করিনা :—

অখঙ্ব লম্দা লাক্পনা চিংনদনা শজিশিংনা
কোয়্চং চংলি মনিং মখা তৌনা।
মহৈ-মপান্না থল্লব মশা মরেংনা লৈতেংব
পাম্বী হৌহল্লি লুনা ঙাক্কুনা॥ (ক)
যণ অঙাংবী মপৈ য়াম্বী লম্কাং খোইদব কোয়না লৈ।
শোয়দ্রে মসি তপোবন্নি মৈখু খুরি অয়াম্বদা॥ ১২ (খ)

চঙঙুখিগে। ( চঙ্লগা ) এঃ! নিপা অসিদি আশ্রমদা লৈব মী নত্তেনা। ( অমরোমদা য়েংলগা ) অতুগা অসিদা তপস্বীশিংস্থ লৈরি। অতুনদি চঙ্বদা দোষ লৈরোইদ-মাল্লে। এঃ! নূপী নহাস্থ লৈনা!

কঞ্চুকী—চঙ্বিরকউ মহাশয়! করিস্থ হঙ্গোইবিন্থ। আশ্রমদি খ্াই পূম্নমক্কীনি।

বাসবদত্তা—হুম।

পদ্মাবতী—ভদ্রমহিলাদি নিপা অতৈগা উনবা য়াদে। যেসা অমা ওইসন্থ। শিন্নরম্বপোং চেক্শিন্না শেন্নফম্ থোক্ই।

কঞ্চুকী—মহাশয়! ঐখোয়না হান্না লৈরল্লে। ঐখোয়গী অতিথি সংকার লৌবিয়ু।

ব্রহ্মচারী—( আচমন তৌরগা ) ধন্যবাদ ! অৱাবা কোক্লে।

যৌগন্ধরায়ণ—মহাশয় ! কদোমদগী লেঙ্‌বিরক্লিবা, কদায় য়ৌনা লেঙ্‌বিগনি, মহাশয়গী লৈফম্না কদায়দনো ?

ব্রহ্মচারী—মহাশয় ! তাবিসি। রাজগৃহদগী লাক্লিবনি। বেদ তম্‌গে হায়ত্তুনা বৎসদেশগী লাবাণক কৌব গ্রামদা লৈরুই।

বাসবদত্তা—( মতোমতদা ) হা লাবাণক ! লাবাণক পন্‌বতদা ঐগী অৱাবা অমুক্ ইনৌ নৌরক্লে।

যৌগন্ধরায়ণ—বিদ্যা তম্বদি লোইরবরা ?

ব্রহ্মচারী—লোইদ্রি।

যৌগন্ধরায়ণ—বিদ্যা তম্বা লোইদ্রবদি করিগী অসিদা লাক্‌পিরিবা ?

ব্রহ্মচারী—মহাবিপদ অমা অদুদা থোক্লে।

যৌগন্ধরায়ণ—করম্না ?

ব্রহ্মচারী—অদুদা উদয়ন কৌব রাজা অমা লৈ।

যৌগন্ধরায়ণ—মহারাজ উদয়নগী মমিং তায়। মহাক্কী করি থোক্লবগে ?

ব্রহ্মচারী— অবন্তি-রাজকুমারী বাসবদত্তা মহাক্কী ▮ প্রিয়তমা মহারাণীনি।

যৌগন্ধরায়ণ—ওইরম্‌গনি। অদুদগী কম্‌দৌবা ?

ব্রহ্মচারী—মহারাজনা মৃগয়া লেঙ্‌খি্রৈদা খুন্ মৈচাক্লক্‌পদা মহাক্ চাক্তুনা শিথরে।

বাসবদত্তা—( মথস্তদা ) মিথ্যানি ! মিথ্যা ঙাক্তনি।
মরাইবকৃথীবী হৌজিক ফাওব হিংলি।

যৌগন্ধরায়ণ—মথংদা করি ?

ব্রহ্মচারী—মহাক্পু কল্লিংব রাজ মন্ত্রী যৌগন্ধরায়ণস্সু মৈন্নুং অত্নদা চোংশিল্লম্মী।

যৌগন্ধরায়ণ—থাঙ্গৈশেংনমক্ চোংশিল্লম্বরা ? অ-অত্নদগী ?

ব্রহ্মচারী—অত্নদগী রাজানা হল্লক্লগা ব্বারম অসি তাবদা মহাক্ কায়নবদা মথরাই চাক্পদগী মৈন্নুংদা প্রাণ থাগে হোংনরম্মী। মন্ত্রীশিংনা য়াম্না ব্বানা মহাক্পু খাম্লম্মী।

বাসবদত্তা—( মথস্তদা )— খঙিঙ, খঙিঙ, আর্য্যপুত্রনা ঐবু লুনা তৌবিবত্নু।

যৌগন্ধরায়ণ—মথংদা কম্দৌবা ?

ব্রহ্মচারী—মতুংদা রাজানা মহাক্না শিরম্ব অচাক্প অলঙ্কারশিংত্নু কোন্ন-কোন্না ব্বান্থরম্মী।

খ্বাইনা—ওঃ —ওন্থোক্পনিদা !

বাসবদত্তা—( মথস্তদা ) আর্য্য যৌগন্ধরায়ণগী নীঙবা থুংলসন্নু হৌজিক্তি।

চেটী—মজাইবেম্মা ! ভদ্রমহিলা অসি কপ্লিনা।

পদ্মাবতী—মবুক্চেল্ নৌবনা ওইরিনি।

যৌগন্ধরায়ণ—হোই, হোই, ঐগী ইচন অসি মহৌশানা মিব্বা মিন্নুংশি খাঙবা ঙমদে ; মপি নৌখ্বনি। মতুংদা কম্দৌবা ?

ব্রহ্মচারী—মতুংদা তপ্না তপ্না জ্ঞান তারক্লে।

পদ্মাবতী—লাইগী কৃপাদগী মহাক হিংলে। রাস্থখরে তাবদা ঐগী থরাই শুন্দা লৈরম্লবনি।

যৌগন্ধরায়ণ—অচুম্বনি! অতুদগীদি ?

ব্রহ্মচারী—করি হায়গনি ? রাজানা লৈমাইদা থরো থরো ওম্বদগী উফ্লন্-রাইফুল ইতৈ-তৈনা ফুক্ হৌগৎলগা--হা বাসবদত্তা! —হা অবন্তি রাজকুমারি! হা প্রিয়ে! হা প্রিয়শিষ্যে! —অসিনচিংবা কয়া কয়া হায়তুনা তেংথারম্মী—করি অমুক হায়গনি ঃ—

রাদে হৌজিক্ চক্রবাক্না মহাক্লম। (ক)
রূপ্ গুণ্ লৈবী কায়্নবা মী অতৈনা।
নূপীদি নুংশিবিব য়াইফবনী মরানা। (খ)
চাক্তেন চাক্রবস্থ নুংশিবদি মরানা॥ ১৩

যৌগন্ধরায়ণ—কনাগুম মন্ত্রীনা মহাক্পু হান্নগী ফিভমদো তাহন্নবা হোৎনবিদ্রবরা ?

ব্রহ্মচারী—রুমণ্বান কোব মন্ত্রী অমা লৈ, মহাক্না হান্নগী মতৌ-গুম্না লৈহন্নবগী য়াম্না কন্না লাক্লে।

মরমদি মহাক্না ঃ—

চাদে থক্তে রাজাগুম্না কপ্পা তংত্ত মায় থোং লাংলে
শেংদোক্তে য়েংদে হকচাং রামিন্নৈ কপমিন্নৈ নিংথৌগা।
সেবা তৌজে নিংথৌগী য়াম্না চেক্শিন্না নুংথিন্নুংদাং
মামক্ প্রাণ থাবা য়ায় নিংথৌনা হৌজিক্মক্ প্রাণ থারবদা। ১৪

বাসবদত্তা— ( মথন্তদা ) ঈশ্বরগী কৃপাদগী ঐগী ইবুঙো মপু লুনা নীঙব মনাইগী মথুক্তা তারে।

যৌগন্ধরায়ণ—( মথন্তদা ) ও ঃ! রুমণ্বান্দি মহাভার অমা কোক্-থোং নারেদনা। করিনা ঃ—

পোথাব য়ায় ঐগী দাব্রদি অব্রাবা ঙাক্নি মাগীদি
নিংথৌ থম্বনা মথাদা ঙম্লমক্ মাগী মথাদা॥ ১৫

( ইকোং কোংনা ) হৌজিক্তি মহারাজদো হান্নগী অবস্থাদা লৈরবরা ?

ব্রহ্মচারী – হৌজিক্ ঐ মজুদি খঙদে।— 'অসিদনিনে মহাক্কা নোক্মিন্নরম্বা,' ''সিন্নাইদনিনে মহাক্কা ন্না ঙাঙনরম্বা,' 'সিন্নাইদনিনে মহাক্কা লৈমিন্নরম্বা, 'মকম অসিদনিনে মঙোন্দা শাউরম্বা,' 'অসিদনিনে মহাক্কা তূম্মিন্নরম্বা' অসি হায়দুনা তেংথা-নাওইব রাজাবু মন্ত্রীশিংনা য়াম্না রানা অমসুং যতন তৌনা গ্রাম্ অদুদগী পুথোকখি। নিংথৌ লেঙখিবদা থরাম্নিচাক থাজ-থোক্তব অতিয়াগুম্ মক্শিন্নব খুন্ অদু থাদোক্তুনা ঐশু লাক্লিবসিনি।

তাপসী—থু্লরিব মী অসিনা অসুন্না থাগৎপ'সিনদি রাজা অদু শোয়দনা মগুণ চেন্‌ব তাই।

চেটী—ইজাইবেম্মা! অতৈ নূপী অমা মহাক্কী মখুৎ চন্নমগদ্রা ?

পদ্মাবতী—( মথন্তদা ) ঐগী পুক্লিংদা নীঙঙম্লমক্ হায়রেদো।

ব্রহ্মচারী—ফরে, মুঙাইরে। বিদায় পীনবিয়ু। চচ্চরগে।

মখোয় অনি—চৎপিরো, অনিংব থুংবিরুরো।

ব্রহ্মচারী—ফ্রে ফরে। ( থোক্খিবা )

যৌগন্ধরায়ণ—ওস্থোক্না করেদা। মজাইবেম্মগী য়াখং লৈরবদি ঐহাকস্থু চচ্চরগে।

কঞ্চুকী—মজাইবেম্মগী য়াখং ঙাইজরি; ননাইস্থু চচ্চনিংলে।

পদ্মাবতী—আর্য্যগী নচন্ ইবেম্মদি আর্য্য লৈত্রবদি খোয়রাংলগনি, হৈনররোই ।

যৌগন্ধরায়ণ—অফব মীশিঙ্গা লৈমিন্নবদবু করিগী খোয়রাঙ্গনি। ( কঞ্চুকীবু য়েংলগা ) ঐ চংলগে অতুদি।

কঞ্চুকী—ফরে অতুদি, অমুক উনবা হায়'তুনি।

যৌগন্ধরায়ণ—অচ্ছা। ( থোক্খিবা )

কঞ্চুকী—হৌজিক মন্দুংদা চঙবা মতম ওইরে।

পদ্মাবতী—আর্য্যে ! খুরুমজরি।

তাপসী—নূপীমচা ! যোগ্যচাব নপুরোইব ফংজো।

বাসবদত্তা—আর্য্যে ! ঐনস্থু খুরুমজরি।

তাপসী—নহাক্সু থুনমক্ নপুরোইবগা উনজো !

বাসবদত্তা—কৃপা পীনবিরে।

কঞ্চুকী—অতু ওইরবদি লেঙশিন্বিরো, অসোমদা, ইবেম্মা অসোম্দা। হৌজিক্তি—

মকোন্ চঙখরে উচেক্শিং ইরুমায়থরে মুনিশিং।
হোম্গী মৈনা ইঙাল ঙাক্লে মৈথুনা আশ্রম শীন্থুংলে ॥

অতিরাদৈ নুমিং তারে মশেক্ মঙাল্ খোম্জিন্থরে।
দোলাই মমায় লৈথোক্থরে অস্তাচল্দা তপ্পা চঙ্খ্রে॥ ১৬

( ওম্নমক্ থোক্খিবা )।

অহান্ব অঙ্ক লোইরবা।

---

## অনিশুব অঙ্ক

### প্রবেশকঃ ( Interlude )

রাজগৃহ কোন্নুং মন্নুঙ্গী লৈকোল।

( চেটী চঙ্লক্পা )

চেটী— কুঞ্জরিকা! কুঞ্জরিকা! মজাইবেম্মা পদ্মাবতী কদোম্দা লৈবগে?—করি হায়বা? মজাইবেম্মদি মাধবী লতা মণ্ডপ ময়াদা *কন্দুক শান্নরিবদাই? ফরে অতুদি, মজাইবেম্মগী মনাক্তা চংলুগে। ( চংলগা অমস্তুং উরগা ) বাঃ! মজাইবেম্মদি কন্দুক শান্ন-শান্ননা অসোম্দতুম লাক্লে। নাকোংলৈ মথক্তা হাইগংলে, চেন্-চোংবনা মমায়দা হুমাং মরিক্ মরিক্ শোরে, শান্নবদা খর চোক্থবসিদা মায়থোং অসি কয়া ফজনা পুক্লিং হূনা উরিবা! মনাক্তুম্ চংলগে।

( থোক্খিবা )

প্রবেশকঃ লোইরবা।

---

* বল মচা, ফিবুল।

( বাসবদত্তা অমসুং মনাইশিঙ্গা লোইননা কন্দুক শান্ন-শান্নবা পদ্মাবতী চঙলকপ। )

বাসবদত্তা—সখি ! মসি নহাক্কী কন্দুক্নি।

পদ্মাবতী—আর্যে্য ! হৌজিক শান্নব অস্তুম্মক্ তোক্লসি।

বাসবদত্তা—ইতা ! যাম্না কুইনা কন্দুক শান্নবনা ইবেম্মগী খোইন তেম্ন-ঙাঙ্‌ব-খুবাক অনিদো মী অতৈগী ওইরবোই খল্লুরে।

চেটী—মজাইবেম্মা ! শান্নবিয়ু, শান্নবিয়ু। নিংথিরব লৈশাবি—মতম্ মুঙাইনা লেস্তোকপিয়ু।

পদ্মাবতী—আর্যে্য ! ঐবু নোক্কবিগে হায়না য়েংবিরিবোইবে ?

বাসবদত্তা—নত্তে, নত্তে, ইতা ! ঙসিদি য়াম্না হেন্না ফজবে। মাইকৈ অকোয়বদা নঙ্গী ববগী মায়থো ত উবগুম্ তোবি।

পদ্মাবতী—হন্দোক্উ ! নকপিরক্নুদা ! হৌজিক ঐঙোন্দা ফাগি-ফারাং তৌবিনুদা !

বাসবদত্তা—ইস্ ! মহাসেনগী মমৌ ইবেম্মা ! ঙাংজররোই তুমিম্না লৈজবে।

পদ্মাবতী—'মহাসেন' হায়বিবহুবু কনানো ?

বাসবদত্তা—উজ্জয়িনীদা প্রদ্যোত কৌব রাজা অমা লৈ। অচৌব লাম্মী লৈবদগী মহাকপু 'মহাসেন' হায়নসু কৌনৈ

চেটী—মজাইবেম্মদি নিংথৌ অদুগা সম্বন্ধ লৈনবা পাম্জদে।

বাসবদত্তা—অদুদি হৌজিক কনাগা সম্বন্ধ লৈনগে খল্লি ?

চেটী—উদয়ণ কৌব বৎস রাজা অমা নৈ। মহাক্কী মতিক-মঙ্গল তাবদপী, মঙোন্দা মজাইবেম্মগী পুক্লিং খোয়দারে।

বাসবদত্তা—( মঙোম্তদা ) আর্য্যপুত্রবু মপুরোইব ওইগে থল্লিবোইরে। ( ফোংনা ) করি মরম্গী ?

চেটী—মিন্নুংশি থঙিঙ মহাক্কি। অহুননি।

বাসবদত্তা—( মঙোম্তদা ) থঙেঙ, থঙেঙ ! ঐমক্পুস্থ মতৌ অম্মুনা ঙাওহল্লম্মিবনিদো।

চেটী—মজাইবেম্মা ! রাজা অহু মশক্ থীরম্লবদি ?

বাসবদত্তা—থীদে, থীদে। ফজে।

পদ্মাবতী—আর্য্যে ! করম্না খঙ্বিরুরিবা ?

বাসবদত্তা—( মথন্তদা )— আর্য্যপুত্রগী ওইনা রাখল তৌরুবদগী কা-হেন্না হায়দোক্খরেদনা। করম্ তৌনি হৌজিক্। থোক্খ্বনিনা অহুনঙাইরে। ( ফোংনা ) সখি। উজ্জয়িনীগী প্রজাশিংনা অসুম্ ঙাওনৈ।

পদ্মাবতী—চুম্মম্গনি। উজ্জয়িনী-প্রজাশিংনদি মহাকপুদি য়াম্না তোয়না উরিগনি। পূন্নমক্কী পুক্লিং হুবধু শকফজব কৌনৈ

( ধাত্রী চঙ্লক্পা )

ধাত্রী—জয় মজাইবেম্মগী জয় ! মজাইবেম্মা ! রা লোইনখরে, থাজখরে।

বাসবদত্তা—আর্য্যে ! কনাদনো ?

ধাত্রী—বৎসরাজ উদয়ন্দা।

বাসবদত্তা—রাজা অদুদি মঙ্গল ওইরিবরা ?

ধাত্রী—মঙ্গল ওইরি, অশোই-অঙাম্ য়াওদনা অসিদা থুঙরে। অদুগা রাজকুমারীবু মনাই ওইহন্‌গে হায়না স্মা য়াথং থাবিখরে।

বাসবদত্তা—মহাবিপদনিদনা !

ধাত্রী—করিগী মহাবিপদ ওইরিবা ?

বাসবদত্তা—করিস্থু নত্তেদা। ঐনা হায়বদি— অদুক্ মথরাই চাক্‌থ্‌বা—মতুংদা মঙোন্দা খোয়দাবিরোই।

ধাত্রী—অর্যে ! মহাপুরুষশিঙ্গী থমোইদা শাস্ত্রজ্ঞান্ মপুংফানা লৈ। অদুনা মখোয়দি ইরাই লায়না মহোশাগী অবস্থাদা হুঙ্গিল্লি।

বাসবদত্তা—আর্যে ! রাজা মশামক্না মহাক্‌পু পামদুনা দান লৌরম্বরা ?

ধাত্রী—নত্তে, নত্তে। মহাক্তি অতৈ করিগুম্ব থবক অমগী অসিদা লাক্‌পনি। মহাক্কী অচৌব শাগৈ, জ্ঞান, মথোক্কাব বয়স অমস্তুং মশক মতৌ উবদা মহারাজ মশামক্না বাগ্ দান তৌরম্বনি।

বাসবদত্তা—( মথন্তদা ) অদু ওইরবদি মতাং অসিদা আর্যপুত্রগী দোষ করিস্থু লৈতেদনা।

( অতৈ চঙ্লক্‌পা )

চেটী—আর্য্যে, থুনা লাক্পিরো। ঙসিমক্ শুভদিন্নি। ঙসিমক্ বিবাহ-মঙ্গল্ তৌগদবনি হায়না মহারাণীনা স্নায়াথং তাক্পিরে।

বাসবদত্তা—( মথন্তদা ) থুনা তৌরিবা অচুক্কী মতিক ঐগী থমোই মম্শিল্লক্পনা হেল্লি।

ধাত্রী—লেঙ্ বিরসি, লেঙ্ বিরসি, মজাইবেম্মা।

( পূম্নমক থোক্থিবা )

অনিশুব অঙ্ক লোইরবা।

---

## অহুম্শুব অঙ্ক

কোম্নুং মণুঙ্গী লৈকোন।

( চিন্তা তৌনা বাসবদত্তা চঙ্লক্পা )

বাসবদত্তা—নুহোংবগী হরাওবনা থল্লব লৈমকোন্গী মাঙপ্তা পদ্মাবতীবু থাদোক্লম্লগা ঐ [1]প্রমোদবন অসিদা লাক্লে। হৌজিক ঐগী ইরাইবক্তা তমখ্রুব অরাবা পোথোক্লগে। ( কোয়চৎ চৎলগা ) ওস্থোক্লা থীথরেদা লাইবক্নে। আর্য্য-পুত্রস্থ হৌজিক্তি অতৈগী ওইখিদোরবা! ফম্নখিগেদা ওহাক্তবু ( ফম্নগা ) [2]চক্রবাক বধূ মরাইবক্ কৈদা,

---

১। Pleasure garden. ২। ডাম্নু থঙ্গোং অমোম্।

মতৈ-মনাও হেক্ কায়নবদা প্রাণ থায়দো! লাইথক থীবী ঐহাক্তি প্রাণ থাবা ভমদনা—আর্য্যপুত্র অমুক্ উনখিগে হায়বগী আশাদগী হৌজিক ফাওবা হিংহুনা লৈরি।

( লৈ-পুতুনা চেটী চঙ্লক্পা )

চেটী—আর্য্যা আবন্তিকা কদায়দা লেঙ্খ্রবনো? (কোইয়্রেং য়েংল্লগা) এঃ! মরিক্ মকোন্ শিদনা অচম্ব ফীজেৎ শেত্তুনা চিন্তাদা থমোইহ্ লুপ্তুনা লৈচিল্লা কুপ্শিন্ব থাজগুম্ প্রিয়ঙ্গু উরী মথাগী নুংপাক্ মথক্তা ফম্তুনা লৈরেদনা। মনাক্তা চৎলুগে। ( চঙ্শিল্লগা ) আর্য্যে! আবন্তিকা! কয়া কুইরবনো, ইবেম্মবু থিরিবসি!

বাসবদত্তা—করিগীনো?

চেটী—ঐখোয়গী মহারাণীনা স্নায়াথং তাক্পি—"আর্য্যা অচৌব শাগৈদা পোক্পী, নুংশিবী অমম্বুং হৈ-শিংবীনি। অদুনা বিবাহজয়মালা মাবু লেংহল্লু।"

বাসবদত্তা—কনাগীদমক্ লেঙ্গনি?

চেটী—ঐখোয়গী মজাইবেম্মগীদমক।

বাসবদত্তা—( মথম্তদা ) মসিসু ঐনা তৌবা তারেদ্রকো! ইরাইবক্তা তম্মন্নেদনা। ওন্থোকপনি। চাম্বিদেদা হে বিধি!

চেটী—আর্য্যে! হৌজিক অতৈ চিন্তা তৌবিরনু। মণিগী ফান্দা বর চাইথরি। থুনা লৈপরেং লেংবিয়ু।

বাস—( মথস্তদা ) অতৈগী রাথল খন্না ভম্দে। ( ক্বোংনা )সখি ! লংদি বর উরক্লবরা ?

চেটী—রাজকুমারীবু মুংশিবনে, ইশামক্লা য়েংনিংবনে—ঐনা মহাক্পু উরক্লে।

বাস—বর করম্ তৌই ?

চেটী—আর্য্যে ! অচুম্ব হায়রিবসিনি, মমাঙৈদা অসিগুম্ব খক্ উজখিদ্রি।

বাস—সখি ! হায়য়ু, হায়য়ু, য়েংবদা নিংথিজৈদনা ?

চেটী—অমনা হেক্লা মহায়গনি—লীরুং তেন্ পায়দব কামদেবনি !

বাস—মহু হায়রবু। তোক্লসি।

চেটী—করিগীনো খাম্বিরিবা ?

বাস—খংনদবা নিপাগী গুণ প্রশংসা তাবা হৌনদে।

চেটী—অহুনা থুনা পরেং লেংবিরো ; মবেম্মা !

বাস—লেংলগে, পুরক্ও।

চেটী—লোবিরোসে মবেম্মা।

বাস—( লৈ হৈদোক্লগা মুন্না য়েংহুনা ) মনা অসি করি কৌরিগবা ?

চেটী—'অবিধবাকরণ' ( লুখ্রা-থীংবী ) কৌই।

বাস—( মথস্তদা )ঐগী গা পদ্মাবতীগী-গা মসি য়াম্না হাপ্তুনা লেঙ্গে ( ক্বোংনা ) মনা অসিমনা করি কৌই ?

চেটী—'সপত্নীমর্দন' ( লোন্নবী নৈবী ) কৌই।

বাস—মসিনা লেংলোই।

চেটী—করিগীদমক ?

বাস—মহাক্কী ভার্য্যাদি লাইগী খুয়া তান্থরে। অদুমা মসিদি করিস্থ কান্নররোই।

( অতৈ চেটী অমা চঙলকপা )

চেটী—আর্য্যে! থুনা তৌবিরো, থুবিরো! * লুখ্রানত্তবীশিংনা বরবু লৈমকোনগী লুহোংকম্দা পুশিন্থরে।

বাস—ফরে, ঐনা হায়রিবসে, লৌরোসে।

চেটী—ফজথরেদা! আর্য্যে! ঐ চচ্চরে।

( অনিমক থোক্খিবা )

বাস—মাদি চংথরে। হাহা! লাইবকথীদা! আর্য্যপুত্রস্থ অতৈগী ওইথরে। রায়দা! শয্যাদা হিপ্তুনা অরাব-কোরুবা তূম্বা য়াত্রা য়েঙঙ্গে।

( থোক্খিবা )

অহুম্শুব অঙ্ক লোইরবা।

---

* See notes.

## মরিশুব অঙ্ক

### প্রবেশকঃ ( Interlude )

কোমুঙ্গী নাকন্ অমা ।

( বিদূষক চঙ্লকপা )

বিদূষক। ( হরাওনা )! এ-হে লাইবক ফৈদা ! শ্রীযুৎ বৎসরাজগী অপাম্ব বিবাহ মঙ্গলগী মুঙাইরব মতম থেংনরেদনা। কনানা খঙলম্বগে—অরাবগী তম্থিরব-ইরৈদা লৃপ্পূরগা অমুক ফাওগৎলক্কুনা হিঙ্গনি হায়বসে ? হৌজিক্তি মাকোমুং মপুংদা লৈরিদো, লৈমাকোন্গী পুখ্রিদা ইরু-মাইথজরি, চানিং-চানিংব অথুম্-অহাও খুসি তৌনা চারিদো ; অপ্সরাগা লৈমিন্নদে হায়বত ঙাইরে, উত্তরকুরুদা লৈবগুম্লে। মসিদা মহাদোষ অমা লৈরে। —চাখি-থক্খিবা পুম্নমক্ নিংথিজনা তুম্দরে। অফব ফীরোম্না নিংথিজনা থাব শয্যা মথক্তা হীপ্পদা নিদ্রাদেবী থেংনদরে। মাইকৈ অকোয়বদা লৃ-তাং চীক্কুনা নাবঙাক্তা উরে। অঃ! মুঙাইব পুন্সি কোদেদা, না-য়েক্কুনা অয়ুক্তা চাব-থক্পা করি অমতা য়াদনা লৈরিবসে !

( চেটী চংলক্পা )

চেটী--আর্য্য বসন্তক কদায়দা লৈরিদনো ? ( কোয়চং চংলগা ) আর্য্য বসন্তক অসিদা লৈরেদনা। ( চংশিল্লগা ) আর্য্য বসন্তক ! কয়া কুইরবনো ঐনা থিরিবসে।

বিদূ—( য়েংলগা ) ভদ্রে ! করিগীনো ঐবু থিরিবা ?

চেটী—ঐখোয়গী মহারাণীনা স্নায়াথং তাক্পি—মমাক্ ইবুঙো চাইথরবরা ?

বিদূ—ইবেম্মা ! করিগী ওইরিগবা স্নায়াথং তাক্পিরিবসে ?

চেটী—অতৈ করিস্নু নত্তে। লৈ, তৈনব-চন্দন-নচিংব পুরক্কবগীনি।

বিদূ—মমাক্ ইবুঙো চাইথব লোইরে। ইবেম্মা লূক্-হানব নত্তনা অতৈ পূম্নমক্ পুরক্লো।

চেটী—লূক্হাবা থিংলিবা করিগীনো ?

বিদূ—লাইবক্ থীব ঐহাক্তা পুক্ অনি কোকিলগী মমিত্তোনা থক্-খা ওল্লে; পুক্কুংদা শগোল শামু চেল্লে।

চেটী—অহুম্ তৌদুনতা লৈরো।

বিদূ—চংথরো নং। ঐস্নু মহারাজগী মনাক্তা চংজুখিগে।

( থোক্খিবা

প্রবেশক লোইরবা

---

**প্রমোদবন ( Pleasure Garden )**

( মানইশিঙ্গা লোয়ননা পদ্মাবতী অমসুং আবন্তিকা বেশ্বশৎপী বাসবদত্তা চঙ্‌ল্লকৃপা )

চেটী—করিগীনো মজাইবেম্মনা প্রমোদবন্দা লেঙ্‌বিরক্লিবসে ?

পদ্মাবতী—শেফালিকাগী চরোংশিংসি শাংলবরা য়েঙ্গে লাক্লিবনি

চেটী—মজাইবেম্মা ! শাংলে শাংলে। প্রবালনা মরকখন্ন মুক্তা পরেংগুম্না লৈ শাংলে।

পদ্মা—অদু ওইরবদি ইবেম্মশা ! করিগী হৌজিক্ ঙাইবিরিবনো ? থীম্বিরনু ।

চেটী—অদু ওইরবদি মজাইবেম্মা ! নুংপাক্ অসিদা মিকুপ্ অমতং ঙাম্থোইবিয়ু, ননাই লৈ হেক্চরুগে।

পদ্মা—আর্য্যে। ঐখোয় অসিদা ফম্সিরা ?

বাস—লেঙ্শিন্বিসি। ( অনিমক ফম্মে )

চেটী—( মহুম্ তৌরগা ) য়েংবিয়ু, য়েংবিয়ু, মজাইবেম্মা, ঐগী শিঙ্গারৈ লৈরাং থল্লব খুজোক্ অসি মণি অঙাংব তঙ্খাই মাল্লে।

পদ্মা—( য়েংলগা ) বাঃ বাঃ ! কয়াত ফজখ্রব লৈনো ! আর্য্যা, মিংয়েং তাবিয়ুদো।

বাস—ওম্থোক্লস্ সূ ফজখরেদা !

চেটী—মজাইবেম্মা ! অতৈস্থ হেক্চরক্খোরা ?

পদ্মা—ফরে, ফরে, অতৈ হেক্লগ্ন।

বাস—সখি ! করিগী থাম্বিরিবা ?

পদ্মা—আর্য্যপুত্রনা অসিদা লেঙ্শিন্বদা লৈ ময়াম অসিদা সনা মিংয়েং তাবিবদা ঐগী লেমজবা ওইগনি !

বাস—ইতা ! নবুঙোবু নুংশিবরনে ?

পদ্মা—আর্য্যে ! খঙ্জদে, অদুবু আর্য্যাপুত্রবু উদবদা খোয়রাঙিঙ।

বাস—( মথন্তদা ) কয়াত লুরব থবক্লো ঐনা তৌরিবসে ! মহাক্স্ অদুম্না মহায়রি।

চটী—মজাইবেম্মনা থাঙ্গৈশেংনা হায়বিরি— "মুংশি ঐনা ইপু-রোইববু"।

পদ্মা—মতুদা ঐগী সন্দেহ অমদি লৈ।

বাস—করিনো করিনো ?

পদ্মা—ঐনা আর্য্যপুত্রবু মুংশিজব অতুক্ আর্য্যা বাসবদত্তানা মহাকপু মুংশিরম্গদরা ?

বাস—মসিদগীম্মু হেন্না।

পদ্মা—করম্ হায়না খঙবিরিবা ?

বাস—( মথন্তদা ) হুম্ ! আর্য্যপুত্রবু মুংশিমঃদগী কা ৱাংমা লান্থরে। অতুনদি অস্নুম্নত্নুম্ হায়রগে। ( ফোংনা ) মহাক্না ( বাসবদত্তানা ) মরৈবাক্কী † স্বজনশিংবু থক্ থাদোক্লম্মোই মুংশিবা ৱাংলম্লবদি।

পদ্মা—ওইরগা য়াই।

চেটী—মজাইবেম্মা ! নবুডোদা নিংথিজনা হঙ্গৎলু— "ঐম্মু বীণা তম্নিভিঙ।"

পদ্মা—আর্য্যপুত্রদা হঙ্গংখরে।

বাস—অতুদি করি তাক্পিরকই ?

পদ্মা—করি অমত্তা খুম্দনা স্বর শাংনা হোল্লগা তুমিন্না লৈরম্মী

বাস—অতুনদি মবেম্মনা করি অর্থ লৌবিরে।

† মমা-মপানচিংববু।

পদ্মা—ঐদি অস্তুম্ খল্লি—আর্য্যা বাসবদত্তাগী গুণ ময়াম নিংশিং-
লুবদা, আর্য্যপুত্রদি *দক্ষিণ ওইবনিনা ঐগী মাওদদি
মীতুগী পিত থাক্‌পিমাল্লে।

বাস—( মথন্তদা )　　ফরিদনা ইরাইবক্তি
মসিনা সত্য ওইর'দি।

( রাজা অমস্থং বিদূষক চঙ্‌লকপা )

বিদূ—বাঃ বাঃ! নৈরাং হেক্‌পদা কেহ্লোব,
† বন্ধক কৌব নৈরাংনা
মচিৎ মচিৎ তাহৌবসিদা
নিংথিজরে প্রমোদবন।

মহারাজ অসোম্‌দা স্না খোঙ্‌লেঙ্‌বিসি।

রাজ—মরূপ বসন্তক! ঐ লাক্লে. লাক্লে।

ইখোঙ্-থোংনমকচত্তুনা উজ্জয়িনীগী কোম্বুংদা।
অবন্তিরাজকুমারীবু ইমিৎ পেন্না উজবদা॥
হায়্বথোক্তব দশা'মা ঐগী ওইখিব মতমদা।
থাবিরম্মী কাম্‌দেবনা তেঞ্জেমঙানা ঐঙোন্দা॥ ✢ ( যুগ্মকম্ )
মতুগীদাগ্ হৌজিক্‌ফাওবা কোক্তিদৈঙনা হৃদিন্নুংদা।
থাবিররে অমুক্ হন্না ‡ রতিপতিনা ঐঙোন্দা॥
তেন্মঙাত নৈজব করম্‌তৌনা মহাক্না।
থারক্‌পগে ঐঙোন্দা তেঞ্জে তরুক্ শুবনা? ১॥

---

* মতূ ময়াম্বু চপমান্নরা হুংশিব নিপা। † নৈ অঙাংব জাৎ অমা। ✢ See Appendix. ‡ কামদেব।

বিদূ—রাণী পদ্মাবতীনা কদোমদা লেঙ্‌খ্রবনো ? লতা মাগুপ্তা লেঙ্‌লমগদ্রা নত্রগা কৈ-মউনকুপ্প মাম্ব--*অসন' লৈরাংনা কূপ্‌শিন্ব 'পর্ব্বত-তিলক্‌' নূংপাক লোম্‌দা লেঙ্‌লমগদ্রা নত্রগা অয়াক্‌পা মনম্‌-থল্লব ‡ সপ্তপর্ণ বন তাম্না লেঙ্‌লম্‌-গদ্রা ? নত্রগা শজি-শঙাই-উচেক-রায়া-থন্ন-য়োকপ-দারু-পর্ব্বতকতান্না লেঙ্‌লমগদ্রা ? ( মগন্তা য়েংলগা ) বাঃ বাঃ !

সনা মিংয়েং তাবিয়ুদো সনা পুক্লিং খোয়দানা
লূরব শরৎ আকাশ্‌তা উরোক্‌ পরেং পাইরিনা ॥
বলরামগী পান্বোম্‌ অনি ফন্দোক্লুনা লৈবগুম্না,
কয়াত নিংথিজরিবা সনা মিংয়েং তাবিয়ুনা ॥

রাজ—মরূপ, উরে—ময়ামসে—

চুমদ্রিং-চুম্না ইশন্‌ শন্না মতং-মতং ইচাই-চাইনা,
অমুক্‌ পাইখৎ অমুক পাইথ লৈথোক-লৈশিন্‌ তৌদুনা,
সপ্তর্ষি মণ্ডল মতৌগুম্‌ খোইদ্রিং খোইদ্রাং তৌনপাইবা,
মকু-হুবত ঙায়রিবা লান্‌গী মঃক্কুম্‌ লংলবা,
অতিয়াগী সীমানাবু অনিথোক্না থায়্‌গুল্লিবা ॥ ২ ॥

চেটী—য়েংবিয়ু, য়েংবিয়ু, মজাইবেম্মা !

অঙৌব থম্বাল পরেঙ্গুম্না,
তাইফেং তাইব উরোক্‌শিংনা,
শঙ্খু শঙ্খু পুক্লিং হূনা,
পাইরিবসে ! নবুঙো'সিদা লৈয়ে !

---

* লৈ-অমগী মমিং ‡ লৈজাৎ অমা।

পদ্মা—হুম্, আর্য্যপুত্র লৈরেদনা। আর্য্যে! নং য়াওরবনিনা আর্য্যপুত্রগা উনররোই। অদুনা ঐখোয় মাধবীলতামণ্ডপ্তা চঙ্শিল্লসি।

বাস—য়াম্না ফরে।

( মতুমক্ তোঔনা )

বিদূ—মবেম্ম পদ্মাবতী অসোম্দা লাক্লম্লগা লেঙ্থোক্খ্রে।

রাজা—করম্না খঙবিরিবা ?

বিদূ—সনা মিৎয়েং তাবিয়ুদনা, সেফালিকা চরোংশিংদগী লৈ হেক্তোক্খরে।

রাজা—বসন্তক, লৈগী মচু মখল্ কয়া য়াম্লিবনো ?

বাস—( মথন্তদা ) বসন্তকগী মমিং পম্ব তাবদা ঐ অমুক্ হন্না উজ্জয়িনীদা লৈরবোই খল্লি।

রাজা—বসন্তক ! ঐখোয় নুংপাক অসিদা ফমদুনা পদ্মাবতী লাক্পা ভাইসি।

বিদূ—ফগনি ! ( ফম্মগা অমুক্ হৌগত্তুনা ) ইস্ শারেদা ! শরৎ ঋতুগী শুংশাসিদি, খাঙববু ভমদরেনা ! লেঙভসি, মাধবী মাণ্ডপ্তা লেঙ্শিল্লসি।

রাজা—অচ্ছা, মাঙ্থারো অদুদি !

বিদূ—সনা থোগঞ্জরে। ( অনিমক চৎপা )

পদ্মা—আর্য্য বসন্তকনা ভম্লমকপু মকোক্মমৈ খঙ্হল্লোইদোরে। করিনো ঐনা হৌজিক তোগদবসে ?

চেটী—মজাইবেম্মা ! হয়িংখোয়ভোংদিবা উঙ্কি অসি লোয়্নবা নথুঙো লেঙ্শিন্নক্তনবা তৌগেদো ?

পদ্মা—তৌ, তৌদো !

( চেটীনা মহুমক্ তৌবা ।)

বিদূ—আঃ শিরে শিরে ! করিনো, ভাইবিখো মহারাজ !

রাজা—করিদোরে ?

বিদূ—মিনাই নূপীগী মচা খোইনা চিক্লে ঐঙোন্দা ।

রাজা—নত্তে নত্তে, মহুম্না চৈ-থাঙ্গনু । খোইদা লঙ্নগনু । য়েঙঙ্দো :—

লৈহী-ময়ায়না ঙংব লৈহী *চূপ্পবু ।
চেক্তেৎ কোল্লি কাম্বা ভাওবী চান্নবীনা ।
থংহম্বদা মখোয়বু খোঙ্থাং শউপ্পা ।
চান্নবীগা কায়নগনি ঐখোয়গুম্বা ॥ ৩
অতুনা ঐখোয় অদিদা ফম্মরি ।

বিদূ—য়াম্না ফরে । ( অনিমক্ কপা )

চেটী—মজাইবেম্মা ! বন্দী ওইরেদো ঐখোয়দি !

পদ্মা—লাইবক ফরে, আর্য্যপুত্রস্থ ফম্বিথরে ।

বাস—( মথস্তদা )—ইরাইবক কৈন্দা, আর্য্যপুত্রগী সনা হকচাং মহৌশাদোনা ফনা উরি ।

চেটী—মজাইবেম্মা ! আর্য্যাগী মিত্তা ঈরা থন্না চেন্নে ।

---

* হয়িংখোই ।

বাস—খোই ময়ামগী উৎপাতনা লৈরিক ময়াম্ পাইশিষদগী
মিত্তা ঈরূ চেল্লিবনি।

পদ্মা—চুম্মী, ওইরিনি।

বিদূ—ফরে অত্নদি! প্রমোদবন অসি হৌজিক্তি য়াম্না চীক্লে।
হঙ্গচ্চনিংব খর লৈ। হঙ্গচ্চোরা?

রাজা—ননীঙ্ তৌনা।

বিদূ—কনানা হেন্না নুংশিবগে—মমাঙৈগী বাসবদত্তাগা হৌজিকী
পদ্মাবতী-গা?

রাজা—ঐহাকপু নংনা য়াম্না অরুব-দশাদা তাহল্লেদনা'সিদে?

পদ্মা—য়েঙঙ্দো সখি! কয়াত অরুব দশাদা তারবনো আর্য্য-
পুত্রসে!

বাস—(মথঙদা) ঐমন্ন কয়াত লাইবক থারবনো!

বিদূ—খুসী তৌনা মথাক্ থম্দনা হায়দোক্পিসি ম্নাথ্বা ইবুঙো!
অমত্না লৈখিদ্রবানি, অসিমক্ সনা নাক্তা লৈতবানি।

রাজা—মরূপ! হায়রোই, হায়রোই অদুবু! মরূপ্তি চৌন্ ফাবা
ঙমদে।

পদ্মা—আর্য্যপুত্রনা তাক্পিরিবসিনা ওক্লে।

বিদূ—ম্নাথ্বা ইবুঙো! সত্য সত্য-সরিশো। অত্রে কনা অমত্তদা
হায়দোক্লোই। ইরৈ চীক্লবসিনি।

রাজা—থৌনা ফনা-পাক্ হায়দোক্পা ঙমদরে, সখা!

পদ্মা—মসি কয়াত মবুদ্ধি লৈতব মীনো! অসি ফাওবদা সনা
পুক্নিঙ্গী রা থঙবা ঙম্দরি।

বিদূ—ঐঙোন্দা তাক্থোক্পিররোইদরা ? অদু ওইরবদি নুংকাল অসিদগী থুবৈ অমত্তা লেঙথোক্পা য়ারোই। সনাখ্যা ইবুঙো হৌজিক্ বন্দীনি।

রাজা—জবর দস্তিরা অদুদি ?

বিদূ—মানি, জবর দস্তিনি।

রাজা—অদু ওইরবদি য়েংনবা তারেদনা।

বিদূ—সনা বুদ্ধি তৌবিয়ুদা। চান্বিয়ুদা ! মরূপ্সি, সত্য হায়-দোপিরক্কনি হায়বদগী রাশক্চরিবনি।

রাজা—গতি লৈত্রেদনা ? তারো অদুদি ঃ—

মশক্-রাশী লমচং-বেভারদদি।
য়াম্না পামজে পদ্মাবতীবু দি॥
বাসবদত্তাদা লুপ্খিব মোন্দি।
হুবা ঙমদ্রি হৌজিক্ ফাওবতদি॥ ৪

বাস—( মথন্তদা ) বাঃ বাঃ ! ঙসিদি ঐনা হৌজিক্ রারিবসিগী মহৈদি ফংলে। *অজ্ঞাত-বাসসু তাঙ্গাসিদদি য়াম্না কান্নরিবোইরে।

চেটী—মজাইবেম্মা ! নবুঙোদি মিনুংসি খঙদেদনা !

পদ্মা—সখি ! অদুম্কাকা হায়জনু। আর্য্যপুত্রদি চপ্মান্নবা চান্বিবনি। হৌজিক ফাওবা আর্য্যা বাসবদত্তাগী গুণ নীঙশিংবিরি।

---

* লোত্না লৈবা।

বাস—মবেম্মা ! অচৌববংশগী মতিক্চাব রাঙাংনিদনা !

রাজা—ঐগীদি হায়রেদোসে। হৌজিক নহাক্কী হায়রো। কনানো নঙোন্দা সুংশিনা থোক্লিবদি ? মমাঙৈগী বাসবদত্তারা, হৌজিক্কী পদ্মাবতীরা ?

পদ্মা— আর্য্যপুত্রসু বসন্তক ওল্লেদনা।

বিদূ— চোইরোন্-পারোন্ লোল্লগা ঐগী করি কান্ননি ? মবেম্মা অনিমক্পু ঐনা য়াম্না লুনা তৌজে।

রাজা—মূর্খ ! ঐবুদি নমতুনা তাক্থোক্হল্লগা হৌজিক্ নংদি হায়দোক্লোইদৌরিবা ?

বিদূ— অতুনদি ঐডোন্দসু জবরদস্তি তৌবিদৌরিবরা ?

রাজা—করিদি ওইনি, নমতুনা।

বিদূ— মতু ওইরবদি, ঐঙোন্দগীদি করিসু সনা নাকোংনা তাবা ফংবিররোই।

রাজা—কৃপা তৌবিয়ু, চান্বিয়ু ! মহাব্রাহ্মণ ! ননীঙ তৌনা হেক্তা হায়দোক্পিয়ুদা !

বিদূ — অতু ওইরবদি তাবিরসি হৌজিক। মাননীয়া বাসবদত্তাবু ঐনা য়াম্না লুনা চান্না তৌজে। অতুগা পদ্মাবতীদি ফজবী লৈশাবী শাউদবী থৌজান্বী রাঙাং থুম্বী চাওথোক্তবী॥ অতুবু বাসবদত্তাগী মহাগুণ অমদি অসিনি ঃ—কদায়নো আর্য্য বসন্তকতুবো ?

অসি হায়তুনা তৌবি ঐবু তরাম্-তরাম্না,।
হাউর-হাউরব অচাথক্ পীজৈ পুরক্তুনা।

বাস — ( মথন্তদা ) ফরে ফরে, বসন্তক ! হৌজিক্ মসিবু ( মহাকপু ) নিংশিঙভ্ দো।

রাজা—য়াম্না ফরে, বসন্তক ! পূম্নমক অসি দেবী বাসবদত্তাদা তমগনি।

বিদূ — হায়্ হায়, বাসবদত্তা ! বাসবদত্তাবু কদায়দনো ? লৈখিদবা কুইরেনা বাসবদত্তাদি।

রাজা—( থব্বাই ব্বানা ) চুম্মিনা ! বাসবদত্তা শিখ্রনি।
পাথোরক্ই ইপুক্লিংসি অস্থুম্না ফাগি ত্তৌবদা
হায়খ্রব ব্বা মথোরক্ই মহৌশাগী অভ্যাসনা। ৫

পদ্মা— মুঙাইরব প্রসঙ্গ অসি তম্থিব থৌদোক্ য়াওবনা ভাব অমরোমদা চৎখরে।

বাস—( মথন্তদা ) ফরেদা ! হৌজিক্তি ঐ থাজরে। ব্বাতা অসিগুম্বক্নি মী খঙ্হন্দনা ভাবা কয়াত মুঙাইরিবা !

বিদূ— তপ্থবিয়ু, পুক্লিং ফাবিয়ু। বিধিনা তম্বা শোয়দবনি। হৌজিক্সু মতুমক্ থোক্লিবক্সিনি।

রাজা—চান্নব মরূপ ! ঐগী অবস্থাদি নংনা খঙ্বিদেদো। মরমদিঃ—
অব্বাবনি থাদোক্পা মরা চেৎপ মুংশিবা।
নিংশিং নিংশিংলুরগা নৌথোরকুই অব্বাবা॥
থ্বাইগী হৌনবনিদো মীত্তা ঈরা চেন্দুনা।
লম্মন্ শিংদোক্চবনা শাস্তি কংনৈ শোয়দনা॥ ৬

বিদূ— সনা মায়থোং পিনা থ্ম্মৎলে। চিনকুপ্পব-ঈশিং লৌজ-রুখিগে। ( থোক্খিবা )

পদ্মা—আর্য্যে ! আর্য্যপুত্রগী মিৎস্না-ঈরা মায়থুম্-থুম্ন মায়থোং ওইরে। লেঙঙসি, ঐখোয় চংথোক্লসি।

বাস—মতুনা ফরনি। নত্রগা ইবেম্মা লৈবিখ্রে। খোয়রাংব-মপুরোইরবু থাদোক্লুনা চংপা চুমদে। ঐতমক্ চংলগে।

চেটী—ফৈ, আর্য্যনা হায়বিরিবসি ফৈ। মজাইবেম্মা লেঙশিল্লিরো নবুঙোগী সনা-নাক্তা।

পদ্মা—অদুবু ঐবু চক্কদরবে ?

বাস—মবেম্মা ? লেঙশিল্লিসি।

( অসি হায়রম্মগা থোক্খিবা )

( চঙ্লগা )

বিদূ— ( থম্নাদা ঈশিং পুরক্লগা ) এঃ ! মবেম্মা পদ্মাবতীনিমা !

পদ্মা— আর্য্য বসন্তক ! করিনো মতুদি ?

বিদূ— অসিনি মতুনি, মতুনি অসিনি !

পদ্মা— আর্য্য ! হায়বিয়ু, হায়বিয়ু।

বিদূ— মবেম্মা ! মাখংবনা হৌনা, কাশ-লৈমিক্ চঙ্ তুনা মিৎস্নাঈরা শিন্থকনা নবুঙোগী মায়থোং থুম্নখ্রে। অতুনা চিন্কূপ্পব ঈশিংনি লৌবিয়ু।

পদ্মা—( মথন্তদা ) হুম্ ! মিন্নুংশি থঙ্ব মপুম্না মিন্নুংশি থঙ্ব মনাই। ( মনাক্তা চঙ্শিল্লগা ) আর্য্যপুত্রগী জয়। চিন্কূপ্পব ঈশিং অসিদা লৈজরে।

রাজা—বাঃ পদ্মাবতী ! ( নাকল্লোম্দা ) বসন্তক ! করিনো মসিদে ?

বিদূ —( নাকোংদা ) মসিনিদনা।

রাজা—বাঃ বাঃ বসন্তক ! ( আচমন তৌরগা ) পদ্মাবতি ! চঙ্শিল্লকুউ, ফম্মোরাও।

পদ্মা—আর্য্যপুত্রগী সনা য়াথং ফিগাও শাজরি। ( কম্থবা )

রাজা—পদ্মাবতী।

ঙোরোক্ ঙোব শরৎ-থাজগুম্ নুংশিৎনা হুম্ব ভামিনি।
কাশ লৈরাঙ্গি লৈরিক্লা ইপি শিন্থরবা মায়নিদো॥ ৭

( মথন্তদা )

নৌনা লুহোংবী অঙাংনি অচুম্ব তারগা ব্রাগনি।
মবুক্ তপ্পী ওইরবস্থ ফিঙ্গৎপা নূপীগী স্বভাবনি॥ ৮

বিদূ—ঙসি নুংথিন্ মগধ মহারাজনা, মহাক্কী মরূপ-মপাংশিঙ্গা শ্রীযুৎকা শক্খঙ্-মায়খঙ্ননবগী শীল্লাঙ্বিরিবসি য়াম্না ফৈ। খঙ্ন-চান্নবনা অমগামগা নুংশিনহল্লি। অতুনা লেঙ্খৎপিরো, মবুঙো।

রাজা—অচ্ছা। থ্াইদগী হেন্না ফব ব্রানি ( হৌগৎপা )

মতিক্ মগুণ অচৌব চেম্ব।
তত্তনা মীবু সন্মান্ তৌবা॥
হোঙ্বনি মীদি সংসারসিদা।
গুণ খঙ্বদি য়াম্না তাঙিঙদা॥ ৯

( ঙন্নমক্ থোক্থিবা )

মরিশুব অঙ্ক লোইরবা !

## মঙাশুব অঙ্ক

### প্রবেশক ( Interlude )

লৈমাকোন্‌গী নাকন্‌ অমদা।

( পদ্মিনিকা চঙলক্‌পা )

পদ্মি--মধুকরিকা ! মধুকরিকা ! লাউ থুনা। ( চঙলক্‌পা )

মধু—সখি ! লাক্লে ঐ। করি তৌ হায়বগে ?

পদ্মি—সখি ! নং তাদ্রা, মজাইবেম্মা পদ্মাবতী কোক্‌ চিক্তুনা ফর-ফর ওল্লিবসে ?

মধু— আঃ ওম্থোক্‌পনিদা !

পদ্মি—সখি ! চেল্লু থুনা, আর্য্যা আবন্তিকাদা পাউ হায়রু। মজাইবেম্মগী কোক্‌ চিক্‌পগী পাউত মহায়রম্মু। মশানা হেক্তা লাক্‌চগনি।

মধু— সখি ! মহাক্না করি তৌবিরনি ?

পদ্মি—মহাক্না শোয়দনা সুংশিব ব্লাহৈনা মজাইবেম্মগী কোক্‌ চিক্‌পা ফহল্লগনি।

মধু— হোয়নে, চুন্মী। মজাইবেম্মগী চেপ্‌ফম্‌ কদায়দনো ?

পদ্মি—*সমুদ্রগৃহকদা শয্যা থারিবনি। হৌজিক নং চৎলো। ঐস্মু মবুঙোদা হঙ্গৎনবগী আর্য্য বসন্তক থিরুগে।

মধু— ফরে অতুমঙাইরে। ( থোকখিবা )

---

* ঈশিং ময়ায়দা নল্লগা ময়াদা শাব য়ুম্‌ মচা ( পোখানবগী )।

পদ্মি—হৌজিক কদায়দনো আর্য্য বসন্তক থেংনগদবসি ?

( বিদূষক চঙলকপা )

বিদূ—পদ্মাবতী-বিবাহদগী থোরক্‌প-য়াম্না নুঙাইব মঙ্গল-উৎসব অসিদা ঙসিদি রাণী ( বাসবদত্তা ) কায়নবদগী থরাই-রারব বৎসরাজগী কামগী মৈচাক্ য়াম্না হেন্‌গৎলে। ( পদ্মিনিকা উবদা ) পদ্মিনিকান্নিনা ! পদ্মিনিকা ! কদায়দা করি তৌরিবনো ?

পদ্মি—আর্য্য বসন্তক ! তাম্বিত্রিবরা, মজাইবেম্মা পদ্মারাজী কোক্ চিক্তুনা ওঙ্খোইরিবসে ?

বিদূ— ইবেম্মা ! থাঙ্গৈশেংনা ঐদি খঙদেদনা।

পদ্মি— অতুদি শ্রীযুক্তা খর হঙ্গৎশিয়ু। ঐস্তু কোক্-তৈনব হিদাক্ পুতুনা থুনা লাক্লগে।

বিদূ— পদ্মাবতীগী শয্যা কদায়দা থারিবগে ?

পদ্মি— সমুদ্রগৃহকদা শয্যা থারিবনি।

বিদূ— হরে, চৎলো। ঐস্তু শ্রীযুক্তা হঙ্গৎলুখিগে।

( থোকখিবা )

প্রবেশক লোইরবা

( রাজা চঙলকপা )

রাজা— মতম্ মতুংইন্না লুহোংবদা অমুক্ হন্না।
উন্ন-হাংপ থম্বালগুম্ লাবানকী থাম্বিনা।
মশা চাক্‌পিখিব ধর্ম্ম চেন্বী মতিক্ চাবী।
অবন্তি রাজকুমারীবু নিংশিংলক্লে থ্রৈনা॥ ১

বিদূ — থুনা শ্রীযুৎ থুনা।

রাজা—করিগীনো ?

বিদূ — রাজকুমারী পদ্মাবতী কোক্ চিক্ত্না নারে।

রাজা—কনানা হায়রিবা নঙোন্দা ?

বিদূ — পদ্মিনিকানা হায়রম্মী।

রাজা—ওঃ, অরাবনিদা !

ফজব লন্না তিল্লবী গুণ পুম্নমক্ত্ চেল্লবী।
প্রিয়াবু ঐনা ফংবদা থেংনখিবা মমাঙৈদা।
অরাবা ঐগী হৌজিক্তি খল্লুরে ময়েং তারবোই॥
থেংনখ্রব অরাবত্তু নিঙ্লে ঐনা থোক্লদবোই।
পদ্মাবতীমক্তদস্ত হান্নগী মতৌ অত্তুম্না॥ ২

হৌজিক্তি পদ্মাবতী কদায়দা লৈ ?

বিদূ — সমুদ্রগৃহকদা।

রাজা—অদুদি লম্বি চিঙঙ্।

বিদূ — লেঙঙসি, লেঙ্বিরো।

( অনিমক্ কোয়চৎ লৃপা )

সমুদ্রগৃহক—

বিদূ — মসিনি সমুদ্রগৃহক। শ্রীযুৎ লেঙ্শিন্‌বিসি।

রাজা—নং মাঙ্থাউ।

বিদূ — ফরে অদুদি। ( চঙ্লগা ) এঃ সর্বনাশ ! ভাইবিখো মহারাজ। লেঙ্থোকৃপিখো !

রাজা—কৈদৌরে কৈদৌরে ?

বিদূ — ফম্মাংদা লীল অমা লৈরে ; থাংমৈ মঙান্দা মশা উরে।

রাজা—(চঙ্শিল্লগা, য়েংলগা নোক্তুনা) আহা ! মূর্খগী লীম্নি হায় মসিদি

লৈপরেং থোংদা য়াল্লম্বা শাংনা-তিংনা * লৈদা তাবা

লীম্নি লোরে মূর্খনংনা।

নুংশিৎনা তপ্পা অহিংদা থরো মালো ওল্হম্বদা

উৎপনি খিত্তং লীন্গুম্না ॥ ৩।

বিদূ—( মুন্না য়েংলগা ) সনায়াথং তাক্পিরিবত্থু শোয়দরে। মসি

লীন্ নত্তে। ( চঙ্শিন্দুনা য়েংলগা ) রাণী পদ্মাবতী মসিদা

লেঙশিল্লম্নগা লেঙথোক্খ্মাল্লে।

রাজা—মরূপ ! লাক্রম্দবনা নশ্মি।

বিদূ — করম্না সনায়াথং অত্থুম্ তাক্পিরিবা ?

রাজা—মসি খঙবদা করি লুবগে ? য়েঙভ্দনা—

ফমুংস্থু কৃশদে মায়থফি কৃশিন্দে

থারম্বগা মান্নবা লৈ।

অঙৌব কোক্কীমোন্ কোক্তেব হিদাক্না

মোৎহন্দনা কায়দনা লৈ॥

অনাব পোথাকম্ ওইনব নিংথিব

থম্দে'সিদা করিমতা।

নারিঙৈ মতমদা ফমুংবু ফংবদা

থাদোক্লিংদে হেক্ মথস্তা ॥ ৪

---

* লৈমাইদা ছন্দগী শমজিন্নবা।

বিদূ —অহনদি লেঙশিন্নিসি শয্যাদা ঙহাক্কং মবেন্মবু ঙাইবিসি।

রাজা—ফৈফৈ। ( ফম্মগা ) নিদ্রানা ফাজিল্লে ঐবু, বন্ধু! ৱারি অমতা লীয়ু।

বিদূ —লীজগে। অহুদি "অং অং" * খুন্বিবা তাই সনাখুংনা।

রাজা—ফৈ।

বিদূ —উজ্জয়িনী কৌব নগর অমা লৈরম্মী। মফম অহুগী ঈশিংনা ইরুঙ্জরবদি শক্ য়াম্না ফজৈ হায়নৈ।

রাজা—করি! উজ্জয়িনী হায়বরা?

বিদূ —ৱারি অসি নুঙাইত্রগা অতৈ অমা লীজগে।

রাজা—নত্তে মরুপ! ৱারি অহু নুঙাইতে হায়বা নত্তে।

অহুবু—

মমা-মপা নিংশিঙবদা নুংশিবদৈ চংলম্‌দাইদা,
মিৎলুদগী শিন্থরক্‌পা পিনা ঐগী থবাক লৃপ্পা,
অবন্তী নিংথৌ মমোন্মু নিংশিঙিঙ হেক্তা ঐহাক্রা॥ ৫

অহুগা—

বীণা খোংবা তাক্লীঙৈদা য়েংলম্মী মুন্না ঐঙোন্দা।
মজাপ্ নাম্থৈ হায়্বা খঙ্দে খোংলম্মী শূন্দা খত্তুনা॥ ৬

বিদূ —ফরে অহুদি, অতৈ অমা লীজরগে। ব্রহ্মদত্ত-কৌব নগর অমা লৈরম্মী। মহুদা কাম্পিল্য কৌব রাজা অমা পাল্লম্মী।

রাজা—করি করি?

বিদূ —( অমুক হন্না হায়বা )

* হায়না ম্না য়াথং তাকপিবা তাই।

রাজা—মূর্খ ! ব্রহ্মদত্ত রাজা, কাম্পিল্য নগর হায়য়ু।

বিদূ —করি ! রাজা ব্রহ্মদত্ত, নগর কাম্পিল্য হায়বা ?

রাজা—হোয় ! অহুম্ হায়য়ু।

বিদূ —অহুওইরবদি, ঙহাক্তুং ঙাইবিখিবতাই, ননাই ঐ চিন্‌ফা অহুক্ পুজখিগে। রাজা ব্রহ্মদত্ত, নগর কাম্পিল্য ( হন্না হন্না হায়রম্বা )। হৌজিক্তি তাবিরসি মহারাজ ! ইসে ! চেপ-খেৎদনা ! হৌজিক্পু য়াম্না ঈঙডিদা ! ইন্নফীহুম লৌরুখিগে। ( থোক্‌খিবা ) ( আবন্তিকা ফীজোন্না বাসবদত্তা চঙলক্পা, চেটীসু )

চেটী—লেঙবিরক্‌উ অসোমদা আর্যা। রাজকুমারী শাথিনা কোক্‌চিক্তুনা হকচাং ঈরি।

বাস —অরাবনিদা ! পদ্মাবতীগী শয্যা কদায়দা থারিবগে ?

চেটী—সমুদ্রগৃহকদা শয্যা থারিবনি।

বাস —অহুদি মাঙ থাহুনা লম্‌জিঙেঙারাগু। ( অনিমক্ কোয়চৎচৎপা )

চেটী—অসিনি সমুদ্রগৃহক। আর্য্যা লেঙশিন্নিয়ু। মায় তৈনব-মলম্ শং-লৌজরুগে। ( থোক্‌খিবা )

বাস —ওন্থোকপনিদা ! কয়াত থৌজান্নিদব লাইশিংনো ! ঐ কায়ন-বদগী থোয়রাংলিব আর্যপুত্রগী পোত্থানফম্ ওইরিবী পদ্মাবতীসু নারে। চঙ্‌লুখিগে। ( চঙলগা অমসুং য়েংলগা ) হা হা ! কয়াত থৌ-রা শাদব-মনাই-মশন্নো ! অনাবী পদ্মাবতীবু থাংমৈতনা সেবা তৌহল্লম্নগা লংশেক্‌পিরম্লে। পদ্মাবতী মুঙাইনা তূম্লি। ফম্‌হুম্ ফম্‌খিগে। তোঙান্না ফম্বদি মুংশিনদমাল্লি ; অহুনা ফমুং অসিমক্তদা ফম্মুগে। ( ফম্নগা )

বাঃ। মহাক্না ফম্মিন্নরগা ঙসি ঐগী থমোইসি সুঙাইবনা কয়াত ফুংফুং কারিবা! লাইবক ফরেদা। স্বর শাংনা সুঙাইনা হোল্লিনে! অনাবা ফরমাল্লে। নত্রগা ফমুং নাকল্ অমা হাঙনা থম্লিবসি "ঐখু কোল্লু" হায়রিমাল্লে। মহাক্কী ময়া অসিদা ঐ হিপ্লতুম্ হিপ্থখিগে।

( হিপনবগী থৌরাং তৌবা )

রাজা—( মমঙ্দা ) হো বাসবদত্তা!

বাস —( ফুক্ হৌগৎলগা ) ইসে, আর্য্যপুত্রনিদনা, পদ্মাবতী নত্তেনা! ঐহাক্পু উখ্রিদরসে? উখিরম্বা থোক্লবদি আর্য্য যৌগন্ধরায়ণগী অকন্ব ৱাশক অতুদি অরেম্বদা তাবা তাই।

রাজা—হো অবন্তি রাজকুমারি!

বাস —লাইবক ফৈদা! আর্য্যপুত্র মঙ্ মঙ্লি। কনা অমত্তা লৈতে অসিদা। ঙহাক্কুং পন্তুনা মীংকা থমোইগা পেল্হন্খিগে।

রাজা—হো প্রিয়ে! হো প্রিয়শিষ্যে! ঐনা কৌরিবসি খুম্মু।

বাস —খুমজগে ইবুঙো! খুমজগে।

রাজা—নং শাউরিবরা?

বাস —নত্তে, শাউজদে, ননাইদি ৱানা লৈজরি।

রাজা—শাউদ্রবদি, করিগী লীক্-কোল্ শিদবগে?

বাস —মসিদগী হেন্না ফজবা অতৈ করি লৈগনি?

রাজা—বিরচিকাবু হৌজিক ফাওবা নিংশিংলিবরা?

বাস —( শাউনা ) আঃ! সেদা! অসিদসু বিরচিকা পল্লিরিবা!

রাজা—-মরম অদুনা বিরচিকাবু ক্ষমা তৌবিনবগী হায়জরিবসিনি।
( মখুৎ তিংথোক্পা )

বাস —কুইরে লৈরিবসি। কনাগুম্বনা ঐবু উথিবা য়াই। অদুনা চৎলগে ঐ। অদুদি, ফমুংদগী হাইথরিব আর্য্যপুত্রগী খুৎ অসি ফমুংদা থাঙ্গৎলম্লগা চৎলগে।
( মহু তৌরম্মগা থোক্থিবা )

রাজা—( খংহৌ হৌগৎলগা ) বাসবদত্তা! ভাইথো, ভাইথো। আঃ ওন্থোক্পনিদা!

থেংজিল্লম্মী থোঙজিন্দা ঐনা ফুকুহেক্ হৌগৎপদা।
মঙ্-তাইবং থাঙ্গে শেংবা ঙমদ্রে ঐগী রাখল্ খঙ্বা॥ ৭

( চঙ্শিল্লগা )

বিদূ—এ! লেঙ্খৎলেদনা!

রাজা—মরূপ! শুঙাইব ব্রা অমা হায়গে নঙোন্দা, হিংজিনহৈ বাসবদত্তাদো।

বিদূ—আঃ! হা বাসবদত্তা! বাসবদত্তা কদায়দা? বাসবদত্তা লৈখিদব অস্তুক্ কুইরবদবো!

রাজা—প্রিয়সখা! মহু হায়দ্ধ,

শয্যাদা তূম্ব ঐহাক্পু হৌদোক্লম্লগ চৎখরে।
চাক্খ্রে হায়না মমাঙৈদা নম্থাক্ তৌথি ক্রমথনা। ৮

বিদূ—আঃ। অসম্ভবতি ওইরোই মসি। হো হো! ঐনা ( উজ্জয়িনীগী ) ঈশিংদা স্নান তৌবগী ব্রা পম্বদগী শ্রীযুৎনা

মহুগী মরমদা স্নাধুব্ধি তৌবিখিবদগী স্বপন্দা মহাকৃপু হেক্তা উরম্ব ওইরিনিদা !

রাজা—মহুরনে, ঐনা মাবু মঙ্দা উরম্বরনে !

হৌগত্তবনা ফুরম্মী ওইরম্মবদি 'সিবু মঙ্ ।
পুন্সি চুপ্পা ওইসন্নু ভ্রম্ ওইরম্মবদি 'সিবু ভ্রম্ ॥ ৯

বিদূ—চাম্নব মরূপ ! নগর অসিদা অবন্তিসুন্দরী কৌবী যক্ষিণী অমা লৈবনি । মহু থেংনবিরম্ব ওইরম্গনি ।

রাজা—নত্তে, নত্তে,

মশম্মনা পুন্দব মিৎস্না কাজল্ থাদব,
লম্চৎ ঙাকৃপ মায়থোংদো উখি মঙ্-হেক্ ফাওবদা ॥ ১০

অহুদগী হেন্দুনা, য়েঙঙ্দো মরূপ, য়েঙঙ্দো—
কোন্সিল্লম্মী-ইপাম্বোম্ব রাণীনুংশাথীবী'হুনা ।
শোক্লরম্বহুগী মঙ্দা হরাওতুজংবকোক্তি্না ॥ ১১

বিদূ—শ্রীযুৎনা হৌজিক করিস্নু নত্তবগী চিন্তা তৌবিরগনু । লেঙ্বিরো, মনুং শঙ্গায়দা লেঙশিল্লসি ।

( কঞ্চুকী চঙ্লগা )

কঞ্চু—জয় মশেন্নিংথৌগী জয় ? ঐখোয়গী শ্রীযুৎ দর্শক মহারাজনা স্নায়াথং তাকৃপী—হৌজিক মশেন্নিংথৌগী মন্ত্রী রুমথাম্না অচৌব তেঙ্গোলগা লোয়নবা আরুণী হাৎননবগী থুংলরে । অহুগা ঐখোয়গীস্নু * চতুরঙ্গসেনানচিংবা বিজয়গী

* শাম্নু, শগোল, দোলাই, খোংমী মরিনা শাব লাম্মী ।

পোৎচং ময়াম্ শেম্শাতুনা লৈরে। অতুনা মশৌন্নিংথৌ লেঙখৎপিরসি। অতুদগী হেন্দুনা—

য়েক্লব কায়্নরে,
প্রজাশিং থাজরে,
নংবু লুনা নীঙব।
মতমদা লান্দাব,
লান্মীবু নিংথংব,
থৌরাংলে ঙাক্লব॥
য়েক্লবা হাৎনবৈ,
ঙম্নমক্ ঙম্মখৈ,
ঐহাক্না শীন্খরে।
মহাক্কী লান্মীস্থু,
লান্থোক্লে গঙ্গাস্থু,
বৎস নখুৎ চল্লে॥ ১২

রাজা—(হৌগৎলগা) য়াম্না ফরে। অতুদি ঐ হৌজিক্—

শাম্ য়াইশ শাগোন্ থম্ব মহাসমুদ্রগুম্লব,
লান্ফম্ অতুদা চৎলগা আরুনীবু মচৎথীব,
হাৎকে কাপ্নুনা তেন্ময়াম্ অঙাওব-ঈথক্ কাপ্থায়গুম্॥১৩

(ঙম্নমক্ থোক্খিবা)

মঙাশুব অঙ্ক লোইরবা।

---

## অহুমশুবা অঙ্ক

### মিশ্র বিষ্কম্ভক ( Mixed prelude )

কৌশাম্বী রাজধানী।

( কঞ্চুকী চঙ্লক্পা )

কঞ্চু—মপান্ সনথোঙ্ পুব কনা কনা লৈবগে ?

( চঙ্লগা )

প্রতীহারী—আর্য্য! ননাই বিজয়া লৈজৈ। করি তাক্পিগদবা ?

কঞ্চু—ইবেম্মা! হঙ্গৎলু থুনা হৌজিক্মক্
বৎসরাজ্য ফংবদা মতিক মগুণ হেল্লব
উদয়ন কৌব ইনিংথৌদা।—

মহাসেন্না থাবিরক্পা রৈভ্যবংশগী কঞ্চুকীগা, অঙ্গারবতী মহারাণীনা থাবিরকপা বসুন্ধরা কৌবী বাসবদত্তাগী মপীগা লাক্নুনা অনিমক্ সনথোংদা লৈরে।

প্রতী—আর্য্য! প্রতীহারীনা চঙব য়াব মফম্—মতম্ নত্তে।

কঞ্চু—করিগী মতিক চাব মফম মতম্ ওইত্রিবা ?

প্রতী—তাবিয়ু আর্য্য! ঙসি ঐখোয়গী মহারাজগী সূর্য্যামুখ শঙ্গায়দা কনাগুম্বী অমনা বীণা খোংলম্মী। মতু তাবদা শ্রীযুৎনা সনা য়াথং তাক্পিরম্মী—"ঘোষবতীগী মখোন্ মাল্লিদা!"

কঞ্চু—অতুদগী ?

প্রতী—মতুংদা অত্তুদা চংলগা হংলম্মী— "বীণা কদায়দগী ফংলুবগে ?" মানা খুন্নম্মী—"নর্ম্মদা তোর্ব্বানগী *কুর্চ্চ বন্দা তারম্মী। কান্নগদবা লৈরগা শ্রীযুত্তা কচ্ছিল্লু।" মত্তু পুত্নুনা কচ্ছিল্লুবদা, মত্তু মতম্বাক্তা হেক্ কোম্বদা শ্রীযুৎ রান্থরম্মী। জ্ঞান তারক্লগা শ্রীযুৎনা পিনা পুমচোং চোংনা হায়বিরম্মী—"নংবুদি ফংলেদো, ঘোষবতি ! উবা ফংদ্রেদো মাবুদি। "আর্য্য, অত্তুনা তাঞ্জা চাদে। করম্না হঙ্গংলুগনি ?

কঞ্চু—ইবেম্মা ! হঙ্গংলু ! মসিস্তু মত্তুগা মরী লৈনৈ।

প্রতী—আর্য্য ! হঙ্গচ্চরুরগে। শ্রীযুৎ সূর্য্যামুখ শঙ্গায়দগী লেঙ্-থরক্লেদনা। অসিদা অত্তুমক্ হঙ্গচ্চরগে।

কঞ্চু— ইবেম্মা ! মত্তুনত্তুম্ ফরনি। ( অনিমক থোকখিবা )

মিশ্র বিষ্কম্ভক লোইরবা

( রাজাগা বিদূষক্কা চঙ্লকপা )

রাজা—তাব-মুংশিব খোম্হোক্পি ! তম্মম্মগা মুঙাইনা।
নবেম্মগী থবাক্লক্তা মতম্বাক্তা নহাক্লা॥
তম্থিরবী বন্দালৈবী ওইরম্মিব করম্না।
উফুল্-রাইফুল্ তৈরে দণ্ড চাইশিম্বদৈ চেক্লানা॥ ১॥
অসিদগী হেন্দুনা, মুংশিহৈতবি ! ঘোষবতি ! নিংশিং-
লিরোইদো নহাক্তি নবেম্মনা তৌরম্বদো —

---

* কুশগী বন।

ককুভ পম্বদা নৈহংপা নাকন্দা,
মুঙাইনা কোম্বিবা ন্নারগা থবাক্তা,
তেংথা নাওইনবা ঐগা কায়নবদা,
নোক্লা ব্বারি শাবা খোংলিঙৈ মরক্তা ॥ ২

বিদূ— হৌজিক্তি শ্রীযুৎনা অহুক্ হাক্লা থব্রাই চাক্পা তৌবিরুগনু।

রাজা—মরূপ্! মহুম্ হায়নু,

কুইনা তম্‌খ্রব ঐগী কাম্ হৌদোক্‌পিররে বীণানা।
ঘোষবতী লুনা তৌবী রাণীবুদি উদ্রে ঐনা॥ ৩

বসন্তক!—ঘোষবতীগী অনৌব তার অমা খুংহৈবা অমবু হাপ্‌হল্লগা পুরকউ থুনা।

বিদূ— সনা য়াথং য়াজরি ফিগাওশানা।

( বীণা পুতুনা থোক্‌খিবা )

( চঙ্‌লগা )

প্রতী—জয় শ্রীযুৎকী জয়! মহাসেনগী মফমদগী রভ্যসবংশগী কঞ্চুকীগা, মহারাণী অঙ্গারবতীনা থাবিরকপা বসুন্ধরা কৌবী বাসবদত্তাগী ধাত্রীগা সনথোঙদা সনা য়াথং ঙাইহুনা লৈরি।

রাজা—অহুদি নবেম্মা পদ্মাবতীদা পাও 'তুক্ হায়রু।

প্রতী—সনা য়াথং তুংইঙ্গরে। ( থোক্‌থিবা)

রাজা—অসুক্ থুনা পাও অসি মহাসেন্না থঙলম্‌গদ্রা?

( পদ্মাবতীগা প্রতীহারীগা চঙ্‌লক্‌পা )

প্রতী—লেংশিন্নিয়ু মজাইবেম্মা, লেংশিন্নিয়ু।

পদ্মা— জয় আর্য্যপুত্রগী জয়।

রাজা—পদ্মাবতি ! তারবরা—মহাসেনগী মফমদগী রৈভ্যসবংশগী কঞ্চুকীগা অঙ্গারবতীনা থারকৃপা বসুন্ধরা কৌবী বাসবদত্তাগী মপীগা থুঙওহুনা সনথোঙ্দা লৈরে।

পদ্মা—আর্য্যপুত্র ! শাগৈ-নাতৈগী মঙ্গলগী ঈ-পাও তাবদা নুঙাইজৈ।

রাজা—চুম্মী, মতিক্ চায় নংনা হায়রিবসি—বাসবদত্তাগী স্বজন ঐহাক্কীস্থনি। পদ্মাবতি ! ফম্মু। করিগীনো হৌজিক্ ফাওবা ফম্দ্রিবা ?

পদ্মা—আর্য্যপুত্র ! ননাইনা সনা থৌগন্ তৌরিঙৈদা ননাইশিংদুদা দর্শন পীনবিগেরা ?

রাজা—দোষ করি লৈবগে ?

পদ্মা—আর্য্যপুত্রনা অমামুক লুহোংবনিদো, মখোয়না য়েংনিংলম্দবা য়াই।

রাজা—ঐগী নূপীগা উনব-য়াব মীদা ঐগী নূপী উনহন্দবদি দোষ য়াম্না লৈ। অদুনা ফম্মু।

পদ্মা—আর্য্যপুত্রগী সনা য়াথং ইঞ্জরে। (ফম্মগা) আর্য্যপুত্র ! পাবুংখোয় ইমাখোয়না করি হায়রগবা ? য়াম্না খোইতাদরে।

রাজা—পদ্মাবতি ! অদুম্ মতৌনৈ।

করি হায়দগে হায়ব ৱাখন্দগী !
খোঙ্গুম্তাদরে থরায় ঐহাক্কী ॥
চেল্লুরগনু ঐহাক্না কন্‌খিদে মচানূপীবু।
লেপ্প নাইদব লাইবক্না মিংদা থীহল্লে ঐহাকপু।
মপা শাউহন্ব মচাগুম্ লৈরে ঐহাক্ ইকী কিনা ॥ ৪

পদ্মা—মতম শুরবদা করিস্নু কন্বা ঙম্‌দে।

প্রতী—কঞ্চুকীগা ধাত্রীগা সনথোঙ্‌দা ঙাইজরি।

রাজা—চঙ্‌হল্লকৃউ থুনা।

প্রতী—সনা চরণগী কৃপানি। ( থোক্‌খিবা )

( কঞ্চুকী, ধাত্রী অমসুং প্রতীহারী চঙ্‌লকপা )

কঞ্চু—এঃ !

নুঙাইরে য়ান্না লাক্‌পদা সম্বন্ধিরাজ্য অসিদা
নুঙাইতে'হুবু শিখিব রাজকুমারী নিংশিংবদা ॥
করিগী অসুম্ হে বিধি ! শীল্লম্‌দবগে নহাক্না।
রাজা মীখুং চন্‌খ্রবসু রাণীদি তেক্ত-কায়দনা ॥ ৫

প্রতী—ঐখোয়গী মহারাজ অসিদা লৈরে, আর্য্য ! লেঙশিল্লু সনা নাক্তা।

কঞ্চু—( চঙ্‌শিল্লগা ) জয় মহারাজগী জয় !

ধাত্রী—জয় ইনিংথোগী জয় !

রাজা—( য়াম্না সন্মান তৌনা ) আর্য্য !

পৃথিবীগী রাজাশিঙ্গী কাব-কৃম্ব শীন্ব-মপু।
পামজব মরী ঐহাক্কী য়াইফরিব্রা নিংথৌহুবু ॥ ৬

কঞ্চু—অজ্ঞা, মহারাজ মহাসেন্ মঙ্গল ওইরি। অসোম্দসু খ্বাইগী মঙ্গল সনাখুত্তগী হংবিরকৃই।

রাজা—( আসন্দগী হৌগৎলগা ) মহাসেন মহারাজনা করি সনায়াথং তাক্পিরক্পগে ?

কঞ্চু—বৈদেহীগী মপারীনি হায়বা মতিক্চায়। মহাসেনগী মঙ্গল সমাচার শ্রীযুৎনা আসন্দা লেংশিন্নিরগা তাবিসি।

রাজা—মহাসেনগী সনা য়াথং। ( ফম্মী )

কঞ্চু—ঈশ্বরগী কৃপানা য়েক্নবনা লৌথিব রাজ্যদু অমুক্ ঐখোয়গী ওইরে। মরমদি ঃ—

পোক্তবনি উৎসাহ থব্লায়-পাঙ্গল শোন্বদা।
চঙনবনি রাজ্লক্ষ্মী উৎসাহ লৈব মীদা॥ ৭

রাজা—আর্য্য! পুন্নমক অসি মহাসেনগী প্রতাপ ননি। করিনা—

হান্নদি মায়থি পীরগা মচাগুম্ ঐবু য়োক্পিথি।
কন্থিদে ঐনা মমোম্বু নমজ্না হেক্তা ফারক্পা॥
মচা শিখ্রে তানা খঙনা নুংশিবিরি হান্নদোনা।
নিংথৌমক্কী মপান্ননি বৎসরাজা ফংবা ঐনা॥ ৮

কঞ্চু—হঙ্গচ্চরিবসি মহাসেনগী সমাচারনি। মহারাণীগী মঙ্গলদি ইবেম্ম অসিনা হঙ্গচ্চগনি।

রাজা—হায়বিয়ু ইমা!

রাণী তরাতরুক্কী অহন্, পূণ্যচেল্লবী লাইগুম্লবী।
ঐনা লাক্পদা ব্রাহৌরবী, মঙ্গল্ ওইহৌবরা ইমাদো ? ৯

মুংশিবগা চপ্‌মান্নবা নহাকপুস্তু মুংশিরিবনি ।॥ মরম অদুদগী ঐখোয়না নহাকপু উজ্জয়িনীদগী পুরক্লম্বনি; অদুগা বীণা তম্বিনবরোম্‌দা হায়জিন্নদুনা *অগ্নি সাক্ষী তৌদুনা বাসবদত্তাবু নঙোন্দা শিন্নরম্বনি। ঙাইঙম্‌দব স্বভাবতগী বিবাহ তৌদ্রিঙৈদা লোন্না পুদুনা চেন্‌খ্রে। অদুবু ঐখোয়না চিত্রবোট অমদা নঙ্গীগা বাসবদত্তাগীগা ছবি য়েক্লগা বিবাহ মঙ্গল তৌথোক্লে। চিত্রবোট্‌ অদুমক্ নঙোন্দা থাখিব্রসিনি। মদু য়েংলগা শান্তি ফংবা ওইয়ু।"

রাজা—আঃ! মহারাণীনা কয়াত মতিক্ চানা অমম্তুং চান্‌বিনা সনা য়াথং তাক্‌পিরক্লিবা!

ব্রাহৈসিনা মমন্‌ হেল্লে রাজ্য ফংবা ময়াম্‌দগী।
দোষ্‌ লৈরবস্তু ঐহাক্‌পু মুংশিবিবদি কাউবিদে॥ ১২

পদ্মা—আর্য্যপুত্র! চিত্রবোট্টা য়াওরিব গুরুজনশিংবু দর্শন তৌরগা খুরুম্‌জনিঙিঙ।

ধাত্রী—সনা মিৎয়েং তাবিসি, মজাইবেম্মা! সনা মিৎয়েং তাবিসি,

( চিত্রবোট য়েংবা )

পদ্মা—( য়েংলগা মথম্তুদা ) এঃ হাইমা! করিনোসিদে! ছবি অসিদি আর্য্যা আবন্তিকাগা মান্নখ্রেদা। ( কোংনা ) আর্য্যপুত্র! ছবি অসিবু আর্য্যামক মান্‌বরা?

রাজা—মান্‌বত নত্তে। মহাক্‌মক্‌ ওইরবোই নিংলে। ওন্থোক্‌পনিদা!

---

* বিবাহ।

কুচু নিংথিবৈ করম্না বিপদ্ তম্থিব থোক্থিবা ?
খোয়থুম্নববু মায়থোঙ্গী মাঙহন্খিবা করম্ মৈনা ? ১৩

পদ্মা—আর্য্যপুত্রগী চিত্র য়েংলগা মসি আর্য্যা মাল্লি-মান্দে হায়বা খঙ্গনি !

ধাত্রী—সনামিৎয়েং তাবিয়ু মজাইবেম্মা ! মিৎয়েং তাবিয়ু।

পদ্মা—( য়েংলগা ) আর্য্যপুত্রগা চিত্রগা চপ্মান্নবনিনা মাসিস্থু আর্য্যাগা মান্নে হায়বা খঙ্লে।

রাজা—দেবি ! চিত্র য়েংবদগী নথরাই হরাও-হরাও অমসুং তয়াং-তশোইনা উরিবসি করিননো ?

পদ্মা—আর্য্যপুত্র ! চিত্র অসিগা চপ্মান্নবা অমা অসিদা লৈ।

রাজা—করি ! বাসবদত্তাগী — ?

পদ্মা—অজ্ঞা !

রাজা—অদুদি থুনা পুরকউ।

পদ্মা—আর্য্যপুত্র ! ঐনা কুমারী ওইরিঙৈদা, ব্রাহ্মণ অমনা 'ঐগী ইচম্নি' হায়দুনা ঐঙোন্দা শিন্নদুনা থম্মম্মী। মহাক্তি পতিব্রতানি ; নিপা অতৈগা উনদে। অদুনা মহাক্কা ননাই ঐগা লাক্মিন্নরিঙৈদা সনামিৎয়েং তাবিহৌরবদি মশক্ খঙ্বিগনি।

রাজা—

মচন্ ওইরব্দি ব্রাহ্মণ্গী ওইরম্গনি অতৈ অমা।
অমগামগ খ্বায়মক্না শক্মান্নবা উনৈ কয়া॥ ১৪

( চংলগা )

প্রতী—ইনিংথৌগী জয় ! উজ্জয়িনীগী ব্রাহ্মণ অমা লাক্লগা হায়রে—"রাণীগী মখুত্তা মচন্ শিন্নহুনা থনম্মী"। মহাক্পু লৌগে হায়দুনা মনথোঙ্দা ভাইহৌরী।

রাজা—পদ্মাবতি ! ব্রাহ্মণ অদুরা হায়রিবসি ?

পদ্মা—ওইরম্বা য়াই।

রাজা—লৈমাকোনগী হৌনবী ব্যবহার কায়হন্দনা ব্রাহ্মণবু থুনা মরুদা পুশিল্লকউ।

প্রতী—মনায়াথং ইঙ্গুরি। ( থোক্শিবা )

রাজা—পদ্মাবতি ! নস্ত মহাক্পু পুরকউ।

পদ্মা—আর্য্যপুত্রগী মনায়াথং। ( থোক্শিবা )

( যৌগন্ধরায়ণগা প্রতীহারীগা চংলক্পা। )

যৌগ—আ ! ( মথন্তদা )

ফনবগী মহারাজগী মহারাণীবু লোংলগা।
মসি তৌখি ইনাউ তৌনা ঐনা ফবনি থন্দুনা॥
ঐতোন্দা করি রাজানা হায়গনি মতু থন্দুনা।
পুক্নিংদা চিংনরে য়াম্না য়াল্লবস্থু থবক্ মসে॥ ১৫

প্রতী—মহারাজ অসিদা লৈরে। আর্য্য ! মনানাক্তা চংবিসি

যৌগন্ধ—( চংশিল্লগা ) জয় মহারাজগী জয় !

রাজা—মমাঙৈদা তাখিব স্বর মাল্লিদা ! হে ব্রাহ্মণ ! মহাশয়না নচন্ ইবেম্মবু পদ্মাবতীদা শিন্নহুনা থম্বিরম্বরা ?

যৌগন্ধ—অজ্ঞা।

রাজা—অহুদি মহাক্কী মচন্ থুনা পুরকউ।

প্রতী—সনা য়াথং ফিগাও শাজরি। ( থোকথিবা )

( পদ্মাবতী, আবন্তিকা, প্রতীহারী চঙ্‌লকৃপা )

পদ্মা—লেঙ্‌বিরকউ আর্য্যা ! স্নুঙাইব পাউ অমা পীজগে।

আবন্তি—করিনো করিনো ?

পদ্মা—আর্য্যাগী নবুং লেঙ্‌লক্লে।

আবন্তি—লাইবক ফৈদা, মহাক্লা ঙসিদি ঐবু নিংশিংবিরে।

রাজা—পদ্মাবতি ! মহাকৃপু হন্দোকৃপিখো। শিন্নরম্ব পোত্তি সাক্ষী মমাঙ্‌দা হন্দোক্লবনি। অতুনদি আর্য্য রৈভ্য অমস্থং ভদ্রমহিলা অসিনা সাক্ষী ওইব তারে।

পদ্মা—আর্য্য। আর্য্যাবু লৌশিন্বিরো।

ধাত্রী—( আবন্তিকাবু মুম্না য়েংলগা ) আঃ ! মজাইবেম্মা বাসব-দত্তানিনা'সিদে !

রাজা—করিবো ? মহাসেনগী মজাইবেম্মরা ? ঐগী দেবি ! পদ্মাবতীগা লোয়ননা মন্নুংদা চঙ্‌লকৃউ।

যৌগন্ধ—য়াদে, য়াদে, মন্নুংদা চঙ্‌বা য়াদে। মহাক্তি ঐগী ইচম্মক্লি।

রাজা—করি ব্লানো হায়বিরিবসিবো ? মহাক্তি মহাসেনগী মচা নূপীমক্লি।

যৌগন্ধ—মহারাজ !

ভারত বংশদা পোক্রব মশাবু খুতুম্ চঞ্জব
লৌশিংশিংব মবুক্ শেংব রাজধর্ম্ম গুরু ওইব,
হৌনদে নংনা নম্তুনা ফাবা ॥

রাজা—ফরে, ফরে। মশক্ মান্নবরা য়েঙওসি। কোক্‌খুমফী হাইদোক্‌উ।

যৌগন্ধ—ঐখোয়গী মহারাজগী জয়!

বাস—জয় আর্য্যপুত্রগী জয়।

রাজা—কয়াত ওক্লবা! মসিনা যৌগন্ধরায়ণনিদনা! অমসিনা মহাসেন পুত্রীনিদনা!

তাইবংলা মঙলা অত্তুবু, উরিবসি ঐনা মাবু।
অসুম্না উখি হান্নসু, লৌনম্মি মতুদসু ॥১৭॥

যৌগন্ধ—ইনিংথৌ! দেবীবু লোচ্চরুবদগী অপরাধ লেপ্না লঙ্‌জরে ননাইনা। অতুনা, প্রভু! ননাইবু ক্ষমা তৌবিগনি।

( অসি হায়রগা চরন্দা তুবা )

রাজা—( কোন্‌খৎলগা ) নহাক থাঙ্গৈশেংব যৌগন্ধরায়ণমক্তি।

অঙাওব শাশিন্নতুনা য়ুদ্ধ-নচিংব তৌতুনা।
শাস্ত্র-মন্ত্রণা পীতুনা অসুম্ব নঙ্গী যতন্না।
ঈরাক্লরব ঐখোয়ধু কঙ্গিরবনি নহাক্না ॥ ১৮

যৌগন্ধ—ননাই ঐখোয়দি ইনিংথৌগী ভাগ্য মপান্ তাংজবতনি।

পদ্মা—ফরেদা! আর্য্যা অতু শোয়দরেদনা। আর্য্যা! মন্নাপ্ মপাঙ্গুম্ খন্দুনা মর্য্যাদা বেভার কয়া কায়খরে। মতুগীদমক ইকোক্ নোন্না ক্ষমা নিজরি।

বাস—( পদ্মাবতীবু কোন্থৎলগা ) হৌগৎলো হৌগৎলো, মধুডো-থানদবি ! হৌগৎলো। অনীবগা মরী লৈনরুব দেহ্-অসিনা লাম্বনি ।

পদ্মা—ঐবু চাম্বিরে।

রাজ—চান্নব মরূপ ! যৌগন্ধরায়ণ ! করি ধুদ্ধি তৌবদগী নংনা দেবীবু লোৎলুরিবা ?

যৌগ--কৌশাম্বীত কন্গে তৌজবদগীনি।

রাজ—অতুদি পদ্মাবতীগী মথুত্তা শিন্নরম্বগী মরমদি ?

যৌগ--পুষ্পকভদ্র-নচিংব জ্যোতিষীশিংনা ইনিংথৌগী রাণী ওইগনি হায়বিখি।

রাজ—ব্রারম্ অসি রূমথান খণ্ডবরা ?

যৌগ--ইনিংথৌ ! খ্বাইমক্না খণ্ডিও ।

রাজ—এঃ ! কয়াত মধুকশেংদব রূমথান্নো !

যৌগ--ইনিংথৌ ! ফরে অতুদি, রাণীগী মঙ্গল সমাচার হঙ্গৎলুনবগী আর্য্য রৈভ্যগা মাননীয়া বসুন্ধরাগা ঙসিমক্ হল্হন্খরসি ।

রাজ—য়াদে, য়াদে। দেবী পদ্মাবতীসু য়াওনা ঐখোয় পূম্নমক চৎকনি।

যৌগ--ইনিংথৌগী সনা য়াথং য়াজরি ফীগাও শানা।

ভরতকী য়াথং

হিমালয়-বিন্ধ্য-কুণ্ডল-থোঙ্ব,
পৃথ্বীপুম্বু সাগর য়োৎ,
মরুম্‌দা ছত্র অমত্তগী,
রাজ্‌সিংহনা ওাক্‌ম্নু ঐখোয়গী ॥ ১৯

( ওয়মক থোক্‌থিবা )

তরুকৃত্তব অঙ্ক লোইরবা

* স্বপ্নবাসবদত্তম্ লোইরবা *

ওঁ তৎসৎ-শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু ।
ওঁ শান্তি i শান্তি ii শান্তি iii
রত্নাকর রসরন্ধ্রেন্দু খৃষ্টাব্দস্য
গ্রহমাসস্যাগ্নিদৃক্ দিবসে
সৌম্যবাসরে সমাপ্তমিদম্ নাটকম্ ।

# পরিশিষ্ট।

## ( ক )  নাটক অসিগী সংক্ষিপ্তবিবরণ।

**মমাঙ্গী মরীঃ**—রাজা উদয়নগী মহাশক্র আরুণীনা বৎসরাজ্যগী অংশ অমা লৌশিন্থরে। যৌগন্ধরায়ণ কৌব উদয়নগী কূটনীতি খঙব মন্ত্রীনা মহু অমুক হন্না লৌশিন্নবগীদমক মগধরাজগা মরূপ শান্ন-নবগী কন্না হোৎনরম্মী। মহাক্না ব্রাখন অস্থুম্ তৌরম্মী—মগধরাজগী মচন্ রাজকুমারী পদ্মাবতীগা রাজা উদয়নগা বিবাহ তৌরিবদি মহাক্কী থবক মহৈ য়ান্গনি। অহৈ-অশিংনস্থু—পদ্মাবতী রাজা উদয়নগী রাণী ওইনি হায়না তাকপিরম্মী। মসিদা বিম্ন ওইরিবদি রাজা মহাসেনগী মজাইবেম্ম। বাসবদত্তাদা রাজা উদয়নগী প্রাণ লূপ্লুনা লৈবসিনি। অতুম্কপু যৌগন্ধরায়ণনা পরিকল্পনা ( plan ) অসি বাসবদত্তাদা হায়দোক্লম্মী; মহাক্কী অনুমতি লৌতুনা অনৌব উপায় অমা মহাক্না পুথোক্লম্মী। মতম অতুদা রাজা উদয়ন অমসুং বাসবদত্তা লাবাণক কৌব গ্রামদা লৈরম্মী। রাজানা খুমিং খরনিগী মৃগয়া লেঙ্খিদ্রৈদা যৌগন্ধরায়ণনা লাবাণক্কী রাজপ্রসাদ (স্নাকোন্নুং) মৈ থাদোক্লম্মী, অতুগা বাসবদত্তা মৈনা চাক্খ্রে অমসুং মহাক কন্নবগী হোৎনবদা যৌগন্ধরায়ণসু মৈন্দুংদা প্রাণ থাখরে হায়না থোক্হল্লম্মী। অতুদগী যৌগন্ধরায়ণনা সন্ন্যাসীগী বেষ শেভুনা বাসবদত্তাগা লোয়ননা লোন্না মগধদেশদা লৈব আশ্রম তান্না চৎখিরম্মী। তাঙ্গা চারুবনা পদ্মাবতীসু মমা উনবা আশ্রম অতুদা লাক্লম্মী। মসিদগী নাটক অসি চপ্ চানা হোরে।

### অহাম অঙ্ক

রাজগৃহ মনাক্কী আশ্রম মনুঙ্গী লম্বীদা।

**সারাংশ** :—বাসবদত্তাগা যৌগন্ধরায়ণগা আশ্রমদা চঙখিবদা পদ্মাবতীগা থেংনরম্মী। কঞ্চুকীগী মচিন্দগী রাজকুমারী পদ্মাবতীগী দান ধর্ম্ম তৌবগী রা তাবদা যৌগন্ধরায়ণ প্রার্থী অমা ওইরম্মী। পদ্মাবতীনা যৌগন্ধরায়ণগী মচন্ শাবী বাসবদত্তাবু থম্গে য়াখি। মতম অতুদা ব্রহ্মচারী অমা থুঙঙহনা লাবাণক্তা থোক্খিব য়ারম পুন্নমক্ তম্মবদা যৌগন্ধরায়ণ অমসুং বাসবদত্তা অনিমক হরাওরম্মী। যৌগন্ধরায়ণ পদ্মাবতীদগী বিদায় লৌরম্মী।

---

### অনিশুব অঙ্ক

রাজগৃহ-কোণুঙ্গী লৈকোন।

**সারাংশ** :—থা অমগী মতুংদা বাসবদত্তানা ফাগীফারা ওইনা পদ্মাবতীদা "মহাসেনগী মমৌও" কৌরম্মী। পদ্মাবতীনহ উদয়নবু পাম্মম্মী। ধাত্রীনা—রাজা দর্শকনা উদয়নদা মচন্ থাজখরে-হায়না পদ্মাবতীদা হায়রম্মী। হুমিং অতুমক শুভদিন ওইবনা পদ্মাবতী লুহোংবা তারম্মী। মতুদা বাসবদত্তা মরাইবক থীবন্নিগী-দমক হুণ্ডাইরমদে।

---

## অহুম্শুব অঙ্ক

কোম্নুং মন্নুঙ্গী লৈকোল্

**সারাংশ ঃ—** বাসবদত্তা মথল্লাই সুঙাইত্তনা প্রমোদবন্দা লৈরিঙৈদা দাসীনা নবদম্পতীগী মঙ্গল মালা লেংনবা হায়রম্মী। মহাক্না সপত্নীমর্দন কৌব উনা হুন্দোক্তুনা অবিধবাকরণ কৌবা উনা য়াম্না হাপ্তুনা লৈপরেং লেংলম্মী। আবন্তিকানা (বাসবদত্তানা) পরেং দাসীদা পীরগা অচীকৃপদা মথল্লাই সুঙাইতবা কোক্লবা লাক্লরম্মী।

---

## মরিশুব অঙ্ক

কোম্নুং মন্নুঙ্গী শরুক অমা অমসুং প্রমোদবন!

**সারাংশ ঃ—** পদ্মাবতীগা বাসবদত্তাগা দাসীগা য়াওনা প্রমোদ বন্দা ল্লারী শারিঙৈদা উদয়নগা বসন্তকগা মফম অতুমক্তদা লাক্লম্মী! আবন্তিকা লোত্তুনা থম্নবগীদমক মখোয়না মাধবীলতা মণ্ডপ্তা লোম্না উদয়ন—বসন্তক অনিগী ল্লারি শাবা তারম্মী। পদ্মাবতীগী ৰূপ্ গুণ লৈরবসু বাসবদত্তাগী স্মৃতি অতু রাজানা কাউবা ঙমদে হায়রম্মী। বাসবদত্তা হরাওরম্মী অতুগা পদ্মাবতীনা রাজাগী মপুক্চেল শেংবগী থাগৎলম্মী। বসন্তকনা ঈশিং লৌখি্লৈদা বাসবদত্তা চৎখিরম্মী। পদ্মাবতীনা উদয়ন মনাক্তা

চংখিবদা বসন্তক মুংশাথিনা অমরোমদা পুথোক্লুনা রাণীদা হায়রম্মী। পদ্মাবতীনা হংবদা রাজা খুদোং চাদবদা তাবদা বসন্তকনা উদয়নবু রাজা দর্শক্কী দরবারদা মরূপ মপাং উননবগী থৌরাং তৌহন্‌খি।

---

**মঙাশুব অঙ্ক**

লৈমকোন্‌গী শরুক অমা অতুগা সমুদ্রগৃহক।

**প্রবেশক ঃ**—পদ্মাবতী নাবা অমসুং বসন্তকনা রাজাদা পাও তাক্‌পা।

উদয়ন্না বসন্তকগা লোয়ননা সমুদ্রগৃহকদা চংলম্মী। পদ্মাবতী লৈরমদবদা রাজানা শয্যাদা চেপ্তুনা ভাইবদগী মুঙাইনা নয়ন য়াওনা চেপ্লম্মী। বসন্তক চংখিৎলৈদা বাসবদত্তা লাক্লম্মী। মৈ মশেন্‌-মরাং তৌবদা রাজানি হায়বা খঙদবদগী রাজাগী ময়াদা হিপ্‌থরম্মী। রাজানা মমঙদা বাসবদত্তাবু কৌরম্মী। মতুদা বাসবদত্তানা মঙ মঙলিব রাজাগা ৱারি শারম্মী। বাসবদত্তানা নিংথৌগী মখুৎ থাঙ্গৎলম্নগা থোক্‌খিবদা রাজানা মিকপ থোরক্লুনা মহাকপু তান্নগে হোৎনরম্মী। বসন্তকনা ভুল নত্রগা মঙনি হায়তুনা থেম্‌জিল্লম্মী। অতুবু উদয়ন থাজদনা লৈরিলৈদা মন্ত্রী রুমণ্বান্না তেঙ্গোন ময়াম্‌ পুতুনা আরুনী হাৎনবা থুঙঙরে হায়না কঞ্চুকীনা হায়রম্মী। নিংথৌসু খুদক অতুদা লান য়াওরম্মী।

---

## তরুকশুব অঙ্ক

## কৌশাম্বী রাজধানী।

**স্থমিং থরনি লৈরগা :**—বৎসরাজ্য ফংলে। রাজানা ইখং খংহৌদনা বীণা মখোন্ সুর্য্যামুখ শঙ্গাইদা তাবদা বাসবদত্তাবু নিং-শিংলক্পদা য়াম্না খোয়রাংলম্মী। মতম অসিদা রৈভ্যবংশগী কঞ্চুকী অমস্থং মহারাণী অঙ্গারবতীনা থারকপা ধাত্রী লাক্কুনা রাজাদা—বৎসরাজ্য ফংবদা মহাসেন্না সুংঙাইবগী পাউ তম্লম্মী অতুগা উদয়ন অমস্থং বাসবদত্তা অনিমক্কী ধর্ম্মশাস্ত্র মতুংইন্না বিবাহ তৌথিবগী মহারাণীনা পীরকপা চিত্র পীরম্মী। পদ্মাবতীনা চিত্র অতু য়েংবদা আবন্তিকাগা চপ্মান্নব ছবি উবদা আবন্তিকাবু কৌরম্মী। খুদক্ অতুমক্তদা যৌগন্ধরায়ণ লাক্কুনা মহাক্কী মচন পীবিনবা হায়রম্মী। যৌগন্ধরায়ণনা বাসবদত্তা লোংতুনা থম্বগী অমস্থং লাবাণক্তা শিখ্রে হায়বগী ওইদব তোক্ঙা অতুগী রহস্য অতু শেংনা হায়দোকপদা খ্বাই পুন্নমক্ ওকরম্মী। রাজানা যৌগন্ধরায়ণগী থবক অতু য়ারম্মী অমস্থং তৌবিমন্ উংলম্মী। পদ্মাবতীনা বাসব দত্তাদা ক্ষমা তৌবিনবা হায়জরম্মী! খ্বাই পুন্নমক সুংঙাইনা মিলন ওইখি।

---

## (খ) সংস্কৃত নাট্যগী সন্ধি মঙা।
## ( Junctures of the plot )

বিষয় অমা পাঙথোক্লবগীদমক তোঙান্ তোঙাশ্ব য়াঙাং ময়াম অদু অমগামগা বিষয় অমত্তুমক্তী সম্বন্ধ লৈনববু সন্ধি কৌই। সন্ধি অসি মখল্ মঙাগুই ; "নাটকং খ্যাতবৃত্তং স্যাৎ পঞ্চসন্ধি সমন্বিতম্" সাঃ দর্পন। মদুদি ঃ—মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ, বিমর্শ ( অবমর্শ ) অমসুং নির্বহণ (উপসংহৃতি)।

**মুখসন্ধি**—নাট্য-বীজ থোক্‌ফম, মখল্ মখা অয়াম্ব-নাটকী থোথোক অমসুং রসগী অহাম্ব থোরক্‌ফম্ অমদি কোংদোকফম্ অদুবু মুখ সন্ধি কৌই। মসিদগী plot অদু মথং মথং চথরকই। স্বপ্ননাটকম্‌গী মুখসন্ধিদি রাণী বাসবদত্তাবু পদ্মাবতীদা শিন্নরম্বদগী হৌরে। বীজদি যৌগন্ধরায়ণগী ৱাহৈ অদুনি "ঐ প্রার্থী অমনি"; য়াঙাং অসিদগী plot অসি মথং মথং চথরক্লে।

**প্রতিমুখ** ঃ—অসুম্ মথং মথং চথরকপসিনা plot অদুগী মূল উদ্দেশ্য পাংথোক্লবা মুখসন্ধিদা তাকই। 'মুখ' দা থাখিব বীজ অদুগী অংশ অমদা খজিক্কুং ময়োল চোংলগা অমুক্ উবা অদুগা করি করিগুম্বদা মাঙখিবগুম্ তৌববু প্রতিমুখ কৌই।

অনিশুব, অহুমশুব, অমসুং মরিশুব অঙ্কশিং প্রতিমুখ সন্ধিনি। বাসবদত্তা অসি রাজা উদয়নদা লুহোংব পদ্মাবতীগা য়াম্না তিন্না-খোংনদুনা লৈমিন্নে ; নায়ক-নায়িকা মিলন ওইননবগী অবস্থা-ময়াম্ হায়রি।

**গর্ভসন্ধি ঃ—** মহৈগী উপায় মপুং ওইরিবময়োন্ চোংব বীজ অদু থোইদোক্লগা মকারাম্না উথোরক্কই ; অদুবু মহৈ য়ানুগনি য়াল্লোই হায়বদি চিংনরি। মদু অমুক্না অবস্থা চানদগী মরায় চায়থরক্পা অমসুং অমুক্ থিদুনা হুমদুনা ঈরোইনব ফিভম্ তানবা হোৎনবদুবু 'গর্ভ' সন্ধি কৌই।

'স্বপ্ন' দা নায়ক-নায়িকা ঙাইহাক্তুঙ্গীদমক সমুদ্রগৃহকদা উনরে। বাসবদত্তানা শোক্পদা রাজা মিকপ থোক্তুনা মহাক্পু কাগে হোৎনরম্মী "ঙাইখো ঙাইখো" হায়রম্মী। মসিদা গর্ভসন্ধি লোইরে।

**বিমর্শসন্ধি ঃ—**গর্ভদগী অমুক্ হেন্না মকা ফন্দোরক্লব বীজগী-দমক শাপ-নচিংব অপম্বনা কৃপ্তুনা থম্ব অবস্থাদুবু 'বিমর্শ' সন্ধি কৌই। সমুদ্রগৃহকদগী মপান্ থোকখিব বাসবদত্তাগী মতুং ইনগে হায়দুনা রাজানা শুন্দা হোৎনব অদুদগী বিমর্শ সন্ধি হৌরে। বাসবদত্তানা স্বাই মাঙখিবদুনা plot কী অরোইব উদ্দেশ্য অদু য়াপ্না থুনা ফংননবদা মরায় চায়হল্লি। বিমর্শনা সন্ধি মঙাগী মরক্তগী খ্বাইদগী হেন্না শাঙিঙ। নায়ক্ নায়িকাগী বিরহ বর্ণন তোই। 'স্বপ্ন' দা বাসবদত্তাগী চিত্র উদয়ন্দা উৎপা মতাং অদু ফাওবা য়োই। ৬শুব অঙ্কগী "চিত্রবোট অদু নঙোন্দা থাখিবনি। মদু য়েংলগা শান্তি ফংবা ওইয়ু।"

**নির্বহণ অমদি উপসংহৃতি ঃ—**মথক্কী সন্ধি মরিদা মথল মখা অয়াম্ব মওংদা মকারামখিব বীজ য়াওব বিষয়শিংদু পুন্সিল্লক্তুনা

মচিন্ অমত্তা ওইরকপা অবস্থা অদুবু নির্বহণ কৌই। মসিদা বীজ অদু মহৈ ওল্লকই, মাগী মতেং ওইরকপা ময়োন্ চোংবা, মনা পাল্লকপা, মপান শাংপা, পাস্বীগী মশা-মরেং-মনা মপান্-নচিংব মহৈ য়ান্দুনা মুখ্য অর্থ অমত্তমক্ উৎলি। Final object ফংননবগী বিস্নি পুম্নমক নির্বহণদা লৈহন্দে; নায়ক-নায়িকাগী happy union ওই। পদ্মাবতীনা চিত্র য়েংলগা উদয়ন্দা চিত্রগা আবন্তিকাগা য়াম্না শকমান্নৈ হায়ব অদুদগী উপসংহৃতি হোরে। "ছবি অসিদি আর্য্যা আবন্তিকাগা মান্নথেন্দা।" যৌগন্ধরায়ণ অমসুং বাসবদত্তাগী মশক্ উৎপা অদুদা নির্বহণ সন্ধি লোইরে। অদুদগী "ভরতকী য়াথং" দা লোইশিন্নে। ভরতকী য়াথং অসি 'প্রশস্তি' কৌবা নির্বহণগী অঙ্গ অমনি।

---

## (গ) সংস্কৃত ছন্দ

## Rhythm

পাদ মরিনা পদ্য (শ্লোক) শাই। পাদ খুদিংদা মশিং অকক্লব অক্ষর (Syllables) অমসুং মাত্রা (measures) লৈ। অক্ষরনা শাববুনা বৃত্ত অদুগা মাত্রানা শাববুনা জাতি কৌই। বৃত্ত মখল অহুম্ শুই—সম, অর্দ্ধসম, বিষম। পাদ খুদিঙ্গী অক্ষর মশিং মান্নরবদি সমবৃত্ত কৌই। তঙ্খাই তঙ্খাই মান্নরগা অর্দ্ধসম বৃত্ত কৌই। হ্রস্ব-দীর্ঘ স্বরগী মতুংইন্না অক্ষরগী

লঘুত্ব ( অয়াংব ) অমসুং গুরুত্ব ( অরূম্ব ) লেপ্পে। অনুস্বার-বিসর্গ দীর্ঘস্বর তপ্পা, তপ্পব ময়েক্কী হেক্ থংনব মমাংথংব ময়েক অতুগা পাদগী অরোইব হ্রস্ব স্বর তপ্প ময়েক্ বিকল্পদা গুরু ( অরূম্ব ) ওই। "সানুস্বারশ্চদীর্ঘশ্চ বিসর্গীচ গুরুর্ভবেৎ। বর্ণসংযোগ পূর্বশ্চ তথা পাদান্তগোঽপিবা॥"

অক্ষর অহুম অহুম্মা গণ অমমম শাই। গণ তরানি। মতুদি ঃ—

মকোক্ ময়ায় অরোইবদা য র ত না অয়াংবনি।
ভ জ স না অরূম্বনি ম ন না অরূম-অয়াংনি॥
গ গা ল গা মথংশিংনা অরূম্বনি অয়াংবনি॥

| | | |
|---|---|---|
| য = ০ — — | ম = — — — | গণ তরা অসিনি |
| র = — ০ — | ন = ০ ০ ০ | গ = গুরু = অরূম্বা |
| ত = — — ০ | গ = — | ল = লঘু = অয়াংবা |
| ভ = — ০ ০ | ল = ০ | |
| জ = ০ — ০ | | |
| স = ০ ০ — | | |

১। **অনুষ্টুপ্** ঃ—অক্ষর ৮ না শাব পাদ মরিনি। মসি সমবৃত্ত নি; মথল য়াম্মী। য়াম্না সাধারণ ওইনা চংনবদি বক্তু অমদি শ্লোক কৌই। মতুদি—

তরুক্শুব অরূম্বনি মঙাশুব অয়াংবনি
অনি-মরি শুব পাদ তরেৎশুব অয়াংবনি।
অতৈ অতৈ ঙম্লমক্তা অরূম্ব ঙাক্ত ওইগনি॥

"শ্লোকে ষষ্ঠং গুরুজ্ঞেয়ং সর্বত্রলঘুপঞ্চমম্।
দ্বিচতুঃ পাদয়োহ্রস্বং সপ্তমং দীর্ঘমন্যয়োঃ ॥"

(ক) মণিমালা = ত য ত য
(খ) ইন্দ্রবংশ = ত ত জ র
(গ) জলধরমালা = ম ভ স ম

৩। বৈশ্বদেবী = ম ম য য
৪। বিদ্যুন্মালা = ম ম গ গ
৫। শালিনী = ম ত ত গ গ

৬। বসন্ততিলক = ত ভ জ জ গগ
১নব অঙ্কগী শ্লোক ১৩ শুব শালিনী অমসুং বসন্ত তিলক য়াম্নবনি।

৭। ত্রিষ্টুভ— গন অরেপ্পা লৈতে অক্ষর ১২ না শাই। ( গীতাগী অঃ ২গী শ্লোক ৬কী ১ নবা লাইন্ ) অদুগা ৪ শুব অঙ্কগী শ্লোক ৩ শুবা।

৮। গায়ত্রী—অক্ষর ৮গী পাদ অহুম্গী শ্লোক অদুগা গণগী অরেপ্পা লৈতে।—৫ শুব অঙ্কগী ৩ শুব শ্লোক।

৯। দীর্ঘ ত্রিপদী বাঙ্গালাগী ছন্দ অমনি। অক্ষর ৮। ৮। ১০ না শাই ; নিপান/নিপানগী মমৈ তাবা মাম্নে অদুগা ১০ গী মমৈ অদু হেক থংনব মথাগী ১০ গী মমৈ থংবগা মাম্নে।

১০। **লঘুত্রিপদী**—মসিসু বাঙ্গালা ছন্দ অমনি। মসি অক্ষর ৬।৬।৮ না শাই; ৬।৬ কী মমৈ তাবা মান্নৈ অতুগা অহাণ্ন ৮ গী মমৈগা হেক্ থংনবা ৮ গীগা মমৈ তাবা মান্নৈ।

১১। **যুগ্মকম্**--শ্লোক অনি তিন্নরগা সমাপিকা ক্রিয়া ( Finite verb ) অমত্তা ওইরবদি যুগ্মক কৌই। শ্লোক অহুম্ তিল্লগানা 'বিশেষক' শ্লোক মরি তিল্লগনা 'কলাপক' অতুগা অতুদগী হেল্লগনা 'কুলক' কৌই। ( সাঃ দর্পণে ৬।২৮৮ )

---

## ছন্দ-বিবরণ

| ছন্দ মমিং | অঙ্ক | শ্লোক্ |
|---|---|---|
| মণিমালা, জলধরমালা, ইন্দ্রবংশ | ১ | ১ |
| ত্রিষ্টুপ্ | ১ | ৫ |
| | ১ | ১৩ (ক) |
| | ৪ | ৩ |
| বৈশ্বদেবী | ১ | ৯ |
| অনুষ্টুপ্ | ১ | ১০ |
| | ১ | ১২ (খ) |
| | ৪ | ৫, ৭ |
| | ৫ | ৮, ১১, ১২, ১৪, ১৫ |

| ছন্দ মমিং | অঙ্ক | শ্লোক্ |
|---|---|---|
| বসন্ততিলক, লোলা | ১ | ১১ |
| বসন্ত তিলক | ১ | ১৬ (খ) |
| ত্রিপদী | ১ | ১২ (ক) |
| | ৫ | ৩ |
| লঘু ত্রিপদী | ৫ | ৪ |
| বিদ্যুন্মালা | ১ | ১৪ |
| | ৫ | ৬, ৭ |

## (ঘ) অলঙ্কার

১। অর্থান্তরন্যাস— সামান্যনা ( general ) বিশেষবু ( particular ) অমদি বিশেষনা সামান্য সমর্থন তৌবা অমসুং থবক্না ( effect ) কারণবু ( cause ) নত্রগা কারণনা থবকপু সমর্থন তৌবদা 'অর্থান্তরন্যাস' অলঙ্কার ওই। মতুদি ঃ—

অহান্ব অঙ্কগী ৪ শুবা শ্লোক্কী অরোইব পরেং অনি ঃ—

"চংলি মতম খোঙলৈ ইন্না অরা-মুঙাইব-পরেংনা।
উরু উরু লৈবগুম্না কাঞ্জোঙ্গী মশা পরেংনা॥"

মসিদা—'কাঞ্জোঙ্গী মশা পরেংনা উরু উরু লৈবগুম্না' হায়বা বিশেষ ( particular ) অসিনা—'অরা-মুঙাইব-পরেংনা···চংলি'···হায়বা সামান্য ( general ) অসিবু সমর্থন ( support ) তৌরে ; অদুনা—অর্থান্তরন্যাস নি।

মসি 'উপমা' অলঙ্কার মুনি।

২। উপমা—অথঙব পোৎ অমগা খরা য়াৎনা খঙব পোৎ অতৈগা তুলনা তৌহূনা খঙদব পোৎকী মশক লেপ্পবু উপমা অলঙ্কার কৌই। মসিগী অঙ্গ মরিনি ঃ—উপমান, উপমেয়, সাধারণ ধর্ম্ম অহুগা মান্নব অমদি চাংদম্নব খঙনব শব্দ। মথক্কী উদাহরণ অসিদা ঃ—

উপমেয় উপমান সাধারণ-ধর্ম্ম মান্নবনচিংব য়াহৈ

অরা-মুঙাইবা কাম্খোং মশা মথং মথং চৎপা গুম্না।

অসিগুম্বজাৎসি পূর্ণোপমা কৌই।

অর্থান্তরন্যাসকী খুদম্ অমা—১ নব অঙ্ক ১১ শুব শ্লোক, পদ্মাবতী নিংথৌগী রাণী ওইগনি হায়ব থাজবদগী' কারণ (cause) না 'ঐনা অস্সুম্ তৌবনি'—কার্য্য (effect) সমর্থন তৌরে। অহুগা অমুক্ক—'পাঙ্খিগী য়াহৈ খাইনা লৌনরব অসি লাম্থোক্কুনা বিধিনা চংপিরোই' —হায়বা সামান্য অসিনা নিংথৌগী রাণী ওইরকপগী থাজবা—বিশেষ অসিবুস্সু সমর্থন তৌই।

৩। কাব্যলিঙ্গ—করিগুম্ব পদ অমদি বাক্যগী অর্থ ব্যঞ্জনানা (by implication) হায়গদৌরিব বিষয়গী মরম্নি হায়না লৌনব মতমদা কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কার ওই। মরম অহুদি implicative or suggestive ওইগনি। direct কারণ হায়রবদি চমৎকারিত্ব লৈতবনা কাব্যলিঙ্গ ওইরোই। কারণ অহুদি হায়রিব পদ অমদি বাক্যগী মসুংদা লৈমাল্লে হায়না

উৎকনি। মতুদি :—অহাস্ব অঙ্কগী ৯ শুব শ্লোক—'পুকচেল্ তপ্পা, জ্ঞান্-ধর্ম চেৎনা'—'ইচন্‌গী লমচৎ ঙাকপা ওয়গী'—কারণ ওইনা উৎলে। (implied) অতুনা কাব্যলিঙ্গনি। শ্লোক ১।১৫ শুবস্থু-কাব্যলিঙ্গনি। অতুগা ৪।৩ শ্লোকশুনি।

৪। **স্বভাবোক্তি**—করিগুম্ব পোৎ অমগী রূপ-গুণ নচিংবা কুপ্পা, মতিকচানা অমদি চমৎকার ওইনা বর্ণন তৌববু 'স্বভাবোক্তি' কৌই। মতুদি :—

অহাস্ব অঙ্কগী ১১ (ক) শ্লোক :—তপোবনগী রূপ গুণ বর্ণন তৌরি—অতুনা স্বভাবোক্তিনি। অতুগা ময়াম অসিনা 'তপোবন' ওইরম্‌গনি হায়বগী suggestion পীরি : অতুনা কাব্যলিঙ্গস্থুনি। শ্লোক অসিদা···সমাপ্ত পুনরাবর্ত্ত দোষ (লোইখ্রব অমুক হন্না হায়ব দোষ) লৈ। 'শোয়দ্রে তপোবন্নি'---হায়রবা মতুংদা 'মৈথু খুরি অয়াম্বদা' হায়বনা বাক্য সমাপ্ত ওইরগা অমুক হন্না হায়। অতুবু গণপতি শাস্ত্রিনা অমরোমদা ব্যাখ্যা তৌই—'অতৈ মরম্ অমমুক ওইরবস্থু নিশ্চয় ওইবত্থু re-affirmed তৌবনি' হায়। —শ্লোক ১৬, ৪/৬শুবস্থু-স্বভাবোক্তি-অলঙ্কারনি।

৫। **ব্যতিরেক** :— উপমান্দগী উপমেয়না হেন্না ফনা অমদি রাৎনা হায়বদা ব্যতিরেক অলঙ্কার ওই। মতম অয়াম্বদা অরাৎ-অহেন্‌গী মরম্ উৎপস্থু য়াওই, অতুগা অয়াম্বদা

উত্তবস্থ লৈ। মসি মখল অনি থোকই। হেন্‌গৎপনা উৎকর্ষাত্মক অতুগা ব্রাংলগনা অপকর্ষাত্মক ব্যতিরেক কৌনৈ মতুদি ঃ—অহাম্ব অঙ্ক শ্লোক ১৩ (ক)—

'চক্রবাক্স মহাক্কুম্ (বাসবদত্তা) ব্লাদে'—

| উপমেয় | উপমান |
|---|---|
| বাসবদত্তা | চক্রবাক্ |

মসিদা উপমেয়না হেন্না হায়রে অতুগা উৎকর্ষাত্মক ব্যতিরেকনি।

৬। **বিষম অলঙ্কার** ঃ—মান্নদব পোৎ চমৎকার ওইনা বর্ণন তৌবব্ বিষম অলঙ্কার কৌই। কার্য্য (effect) অমসুং কারণ (cause) অনিদা থেন্নব লৈরবা, অমদি অহৌব থবক অমা মহৈ য়ান্দবা নত্রগা undesired পোৎ অমা ফংবা (হায়বদি কারণদগী ফংফম থোকপ মহৈ অতুগী মতুত্তা পাম্‌দব, খল্লুদবা মহৈ অমা থোরকপ) নত্রগা, বিরুদ্ধ পোৎ অমা থোরকপা (মফম্ অমত্তদা অসম্ভব ঘটনা অনি তিন্নবা থোক্‌পবু বিরুদ্ধ পোৎ থোক্‌পা কৌনৈ) মসি ওইরবদি বিষয় অলঙ্কার কৌই। পুম্নমক অসিদা বি-ষম = মান্নদব পোৎকী বর্ণনা তৌই। মতুদি ঃ—৪শুব অঙ্কগী ১ম শ্লোক—

"থাবিররে……ঐঙোন্দা"—অসিনা পদ্মাবতীদা প্রেম্ লৈবা তাক্লে। "তেম্মঙাত……তরুকৃত্তবনা"—অমদনা তেম্মঙানা—

পুন্নপ্ থাবা— হায়বদি বাসবদত্তাবু সুংশিবনা, অত্তেদনা তরুকুণ্ডব-তেন্ অমত্তনা থাবা— হায়বদি পদ্মাবতীবু সুংশিবদগী হেন্ন ধ্বনি ওইরে ( implied )। মফম অমত্তদা অসম্ভব ঘটনা অনি তিন্নবা থোক্লরে; অতুনা বিষম অলঙ্কারনি।

৭। **উৎপ্রেক্ষা**ঃ—হায়বদি সংশয়। উপমেয়বু য়াম্না মান্নবদগী উপমাননি হায়না চিংনবা মতমদা উৎপ্রেক্ষা ওই। অমরোমদা হায়রগা—উপমান পোত্তা উপমেয় ওইব-য়ায় হায়না লৌবদা উৎপ্রেক্ষা ওই। মসিদা সংশয় ভাব লৈগনি অতুগা সংশয় অসিদা উপমানদা হেন্না কনগনি। মতুদি ঃ—৪শুব অক্কগী ২শুব।

**শ্লোক**ঃ—মসিদা স্বভাবোক্তিদা উপমা অমসুং উৎপ্রেক্ষা য়াওই। উপমেয়—উরোক ময়াম্ পাঙ্গৈরিবতু উপমান অতিয়া অনিথোক্লা থায়ব ওইরমান্নে হায়না চিংনবে; অতুনা উৎপ্রেক্ষানি। মসিদা উপমা অলঙ্কার ঃ—

| | | |
|---|---|---|
| (ক) | উপমেয় | উপমান |
| | উরোক পরেং | সপ্তর্ষিমণ্ডল |
| (খ) | অতিয়া | লীন্ মবুক্ |

স্বভাবোক্তি + উপমা = সঙ্কর অতুগা উৎপ্রেক্ষাগা সংসৃষ্টি ওইরে।

৮। **বিশেষোক্তি**ঃ—কারণ ( cause ) লৈরগা কাজ (effect) দি করিসু থোক্তব মতাংদা বিশেষোক্তি। অওইবদি কাব্যদা

নিংথিজবা অমদি চমৎকারিত্ব শেম্ববগীদমক্তা অসিগুম্ব থবক থোকপা মতমদা বিশেষোক্তি ওই। বিভাবনাগা চপ চানা ওন্নতৈনবনি। খুদম—৪শুব অঙ্কগী ৪ শ্লোক—মসিদা 'লম্‌চৎ বেভার-শক্‌-রাশী' কারণদি লৈরে অদুগা মসিগী ফলদি ( effect ) লৈতরে। অদুনা বিশেষোক্তিনি। অদুগা ৫/১ শ্লোকস্থু বিশেষোক্তিনি।

৯। ব্যাজোক্তি ঃ—অরোম্ব বিষয় অমা খণ্ডনরবস্থু ওইদব অমা হায়ক্লিন্দুনা মহু লোৎপা মতাংদা ব্যাজোক্তি অলঙ্কার ওই। মতুদি ঃ—৪শুব অঙ্কগী ৭শুব শ্লোক—অসিদা রাজানা বাসবদত্তাগীদমক্ শুগুাইতদুনা মমিত্তা মপি তাবদু পদ্মা-বতীদা ওইদব অমা— 'মুংশিংনা হুমদুনা কাশ লৈরিক চঙ বনা পি তাবনি' হায়দুনা অরোম্ব রা অদু লোৎলে। অদুনা ব্যাজোক্তিনি। শ্লোক অসিদা কাব্যলিঙ্গস্থু য়াওরি। কাশ লৈরিক্লা পি তাবগী মরম ওইনা লোরে।

১০। অপ্রস্তুতপ্রশংসা ঃ—হায়রোইদব বিষয় হায়দুনা হায়গদব আসল বিষয় তাক্‌পবু অপ্রস্তুত প্রশংসা অলঙ্কার কৌই। থাক্লেশংনা হায়গদবা নত্তব বিষয় অদুবু ( উপমান ) অপ্রস্তুত কৌই, থাক্লেশংনা হায়গদবনা ( উপমেয় ) প্রস্তুত কৌই। হায়রোইদব হায়দুনা হায়গদব তাক্‌পব অপ্রস্তুত প্রশংসা কৌই। মতুদি ঃ— ৪শুব অঙ্কগী ৯শুব শ্লোক। — মসিদা — "মীদি সংসারনীদা হোঙবনি" উপমান হায়রোইদবসি হায়বনা উপমেয় মগধরাজ দমস্যং উদয়নবু ভারনা খণ্ডহল্লে।

অদুনা অপ্রস্তুত প্রশংসা অলঙ্কারনি। মসিদা তুল্যযোগিতা অলঙ্কারসু য়াওই। শ্লোক ৬।৭ স্তনি।

১১। তুল্যযোগিতাঃ—প্রস্তুত (উপমেয়) অমদি অপ্রস্তুত (উপমান) পোংপু গুণ নত্রগা ক্রিয়া অমত্তনা তিন্নহল্লবদি তুল্যযোগিতা অলঙ্কার ওই। গুণ নত্রগা ক্রিয়াগা লোইননা মান্নবগা তিন্নবদা তুল্যযোগিতা ওই। মহুদি ঃ—মথক্কী খুদম অসিদা 'মীধু সম্মান তৌব' অমসুং 'মতিক মগুণ চেম্ব'—সাধারণ ওইব গুণ অসিধু 'হোঙ্বনি' হায়ব ক্রিয়া অমত্তা অসিনা মরি লৈনহল্লে; অদুনা তুল্যযোগিতা ওইরে।

খুদম অমগা ঃ—

নোং মুই, অহিং মুই, মুই অমম্ব লৈপাক।

'তুদগী হেন্না মুই, তোম্বি, নকোক্কী শম্না।

মসিদা— 'মুবা' হায়ব গুণ অসিনা নোং, অহিং, লৈপাক অমসুং শম্—মরি অসিবু মরী লৈনহল্লে।

১২। বিভাবনা ঃ— কারণ ( cause ) য়াওদনা কার্য্য (effect) থোক্পবু বিভাবনা কৌই। হায়বদি মরম য়াওদনা থবক ওইরবদি বিভাবনা অলঙ্কার ওই। মরম লৈতনা থবক থোক্পা হৌনদে। অদুনদি— 'মরম' হায়বদি খ্বাইনা খঙনবা মরমনি; মসিদগীদি থবক থোক্তনা অতৈ কল্পিত ( supposed ) কারণগী মতেংনা থবক পাংথোক্নে; কল্পিত কারণ অদু কাব্যদা য়াওরগা উক্তনিমিত্ত বিভাবনা অদুগা য়াওদ্রগা অনুক্তনিমিত্ত বিভাবনা ওই। মহুদি—

'নোং মংদনা বজ্র তারে'—মসিদা 'নোং মংব' হায়বা বজ্র তাবগী প্রসিদ্ধ কারণ লৈতনস্নু অতৈ কারণ অমদি লৈ হায়বা উৎলে। কারণ অহুদি হায়দে। অহুনা মসি অনু-ক্তনিমিত্ত বিভাবনা নি। অহুগা ৫শুব অঙ্কগী ১নবা শ্লোক্তা— 'অবন্তিরাজকুমারীবু নিংশিংলক্লে'—মসিদা 'নিং-শিংবা' অসি কারণ য়াওদনা ওইরক্লে, অহুনা 'বিভাবনা' ওইরে। অহুগা 'মশা চাক্‌খ্রে'—হায়ব কারণ অসি লৈনা নিংশিংলোইদবা effect অহুদি লৈতে। অহুনা বিশেষোক্তি নি। মসিদা উপমাস্নু য়াওরি ঃ— উপমেয় উপমান অবন্তিরাজকুমারী থম্বাল।

১৩। **অপহ্নুতি**—উপমেয় লোৎলগা উপমান প্রকাশ তৌববু অপহ্নুতি অলঙ্কার কৌই। মহুদি ঃ—৫ শুব অঙ্কগী ৩শুব শ্লোক--'লৈপরেং থোঙ্‌দা য়াল্লম্বা'···লীন্নি লোরে···মুংশিংনা থারো মালো ওলহন্বদা···।' মসিদা লৈপরেংবু (উপমেয়) লোৎলগা লীনবু (উপমান) প্রকাশ তৌহল্লে। অহুনা অপহ্নুতি নি। অহুগা

১৪। **ভ্রান্তিমান্**—মান্নমন্বদগী পোৎ অমবু পোৎ অমা ওইনা লৌই—ভ্রম অসি মহোশা (সাধারণ) ওইদনা কবি-কল্পনাদা চমৎকার ওইরবদি ভ্রান্তিমান্ অলঙ্কার ওই। মসিদা উপমেয়বু উপমান্নি হায়না ভুল তৌই। মহুদি= মথক্কী থুদম অসিদা লৈপরেংবু (উপমেয়)—মান্নমন্বদগী

( উপমান ) ওইনা ভুল তৌরে। অদুনা ভ্রান্তিমান অলঙ্কারনি।

১৫। অনুমান—অতৈ অলঙ্কার অমগা ভিন্নবদগী চমৎকার ওইনা কারণদগী কার্য্যজ্ঞান ওইরবদি অনুমান অলঙ্কার ওই। মতুদি ঃ—৫ শুব অঙ্কগী ৪ শুব শ্লোক।

"কমুংসু কুথদে মায়থকি কুপ্পিনে'

.................খাদোক্লিংদে হেক্ মঙ্গলা।"

মসিদা স্বভাবোক্তি অলঙ্কারগা ভিন্নবা কমুং কুথদব-নচিংব কারণদগী মী হিপ্পমদে হায়বসি খঙলে। অদুনা 'অনুমান' অলঙ্কারনি।

১৬। পর্য্যায়—পোৎ অমত্তনা ( ক ) মতম অমত্তদা অমদগী হেন্ব আধারদা ( লৈফমদা ) লৈবা, ( খ ) তোঙান তোঙান্ব মতমদা অয়াম্ব আধাবদা মথং মথং লৈবা অদুগা ( গ ) তোঙান তোঙম্ব পোৎ তোঙান তোঙান্ব মতমদা আধাব —অমত্তদা লৈরবদি পর্য্যায় অলঙ্কার ওই। মতুদি ঃ— ৬ শুব অঙ্কগী ৮ শুব শ্লোক—'নুমতুনা ফারকপা মমোঙ্ম ·.....মচা শিথ্রে তানা-খঙনা' মসিদা মচা নুপী অহাম্বদা মপামদা, অদুদগী ঐগীদা, মচৈদা লাইরৈবাক্তা—পোৎ অমত্তনা মতম অমত্তুং মফম তোঙান-তোঙান্দা লৈরে। অদুনা পর্য্যায় অলঙ্কারনি।

১৭। দৃষ্টান্ত—ধর্ম্ম মান্নব পোৎ অনি অমগামগা মায়ৈ হায়না বর্ণনা তৌরবু দৃষ্টান্ত অলঙ্কার কৌই। —মসিদা সাধারণ

গুণগী ভাষা তোঙানুগনি, অদুগা সাধরণ ধর্ম্ম তু খন্থরগা থোরককনি। 'মদুদি'-নচিংবা ন্নাহৈ য়াওরোই। উপমেয় অমসুং উপমান অনিমক থংনব বাক্য অনিদা তোঙান্না লৈগনি—অদুগা অনি অদু মান্নব উৎনবগীদমক তুলনা খঙনব ন্নাহৈ য়াওরোই। সাধারণ ধর্ম্ম অর্থ অমত্তা ওইরোই, অমসুং তোঙান তোঙাম্ব ওইবনা তোঙান তোঙাম্ব ভাষাদা হায়গনি। —দৃষ্টান্তগী সারাংশ ঃ –

| উপমেয় | উপমান | সাধরণ ধর্ম্ম | বাচকশব্দ |
| --- | --- | --- | --- |
| বাক্য অমদা | থংনব বাক্য অতৈদা | ভাষা অমসুং অর্থ তোঙাম্ব, অদুগা খন্থরগা থোরকপা | য়াওদব |

৬শুব অঙ্কগী ১০শুব শ্লোক ঃ—

'কনাবু কম্ব ঙম্বগে মৃত্যুকালদা কনানা?
থোৌরী তৎলগা ঙম্বগে চক্ষু ফাবা কনানা?'

মসিদা

| উপমেয় | উপমান | সাধারণধর্ম্ম | বাচক শব্দ |
| --- | --- | --- | --- |
| অহাম্ব বাক্যদা | অনিশুবদা | শিবা কন্‌বা | য়াওদে |
| কনাবু (মী) | চক্ষু | উপমেয়গী তাদনবা ফাবা উপমানগী খন্থরগা শোয়দনা মাঙিঙ, খঙনৈ। ভাষা অমসুং অর্থ তোপ্লে। | |

অদুনা মসি দৃষ্টান্ত অলঙ্কারনি।

১৮। **Apostrophe** :—It is a figure of speech where a writer or speaker turns away from the main subject and makes a sudden, short and impassionate address to a person absent or dead, or to an inanimate object or an abstract idea. মতুদি :—

(ঙ) "নংবুদি ফংজেদো, ঘোম্ববতি! উবা ফংজ্রেদো মাবুদি।"

**শব্দ খরগী অর্থ,** allusion নচিংবা—

অগ্নিসাক্ষী—বরনা মৈগী মমাঙদা কন্যাবু খক্ থাদোক্লোই হায়না ৱাশকপা হায়বদি লুহোংবা।

অবিধবাকরণ—লুখ্রাথিংবী হায়বনি, শব্দগী সাধারণ অর্থদি, অদুবু মনামশিং (ওষধি) অমগী মমিং হায়বনি, proper noun ওইরে; অদুনা শব্দ অসিমক্ শিজিন্নবনি।

অসন—লৈ অঙাংব অমগী মমিং, বন্ধুক, সজ'কসু কৌনৈ।

অস্তাচল—নুমিৎ তাব চীং। আবন্তিকা—অবন্তি দেশগী নূপী।

উত্তরকুরু— কনাগুম্বনা অৱাংথংব সাইবেরিয়ানি হায়। মসি লাইশিঙ্গী লৈকমনি অদুগা চির শান্তিগী লম্নি হায়নৈ। মরূদদি হিমালয়গী অৱাং থংব লমশিংদুসু য়াওরম্মী। মহাভারতকী মতমদা তিব্বত অমসুং নোংপোক তুর্কীস্তানগী শরুক্ খরসু উত্তরকুরুগী মখুংচল্লম্মী।

উৎসাহ = পুক্নিং হন্থদনা হোৎনবা, ঋষিকুমার = ঋষিগী নিয়ম তম্নব নিপামচা, কাশ = লৈ জাৎ অমা, ( মপান ডোনা শাৎপা। ) কূর্চ্চ = কুশ, তিংখৌ, পিস্তম অনিগী মরক্। ককুভ = তার পুন্নবা উনা শাক্নুনা বীণাগী মনিংদা নপ্প অতু। কুমারী = চহি মঙাগী নূপীমচা, কৈন্যা। ঘোষবতী = রাজা উদয়নগী মিত্রঙ্গা বীণানি ( magic lute ) উদয়ন্না সবরশিঙ্গী মখুত্তগী বসুনেমিবু কনখি। বসুনেমি বাসুকীগী মনাওনি। মহাক্লা বীণা অসিনা শামু তেহনবা ওল্মী। উদয়ন্না বীণা অসি মঙোন্দগী ফঙ্খি। বাসবদত্তা বীণা অসি খোংবদা য়াম্না হৈ-শিংলম্মী। ( কথা সরিৎসাগর )। চতুরঙ্গসেনা = শামু,-শগোল,-দোলাই তোংব লান্মী অত্তগা খোঙ মী—মরি অসিগী লাম্মীবু চতুরঙ্গসেনা কৌই। চিত্র-বোট = চিত্রপটগী অপভ্রংশনি, লাইয়েকফম পাং, অয়েক্পা লাই ( চিত্র )। জ্যোতিষী = পাঙ্গী, দক্ষিণ = মন্থময়াম্বু চপমান্নবা নুংশিব নিপা। সাঃ দর্পণ ) পুকচেল্ চাউবা, পুকচেল্ তিংব ( অমরকোষ ) দাকু পর্ব্বতক = উনা শাবা চীং অমগী মমিং )।

দেবী = অভিবেক তৌরবী রাণীগী নাম। ( অমরকোষ ); দণ্ড ( বীণা ) = বীণা চৈখোক্। মুমিংকা লোয়নব অহুমগী অমা ( মাঠর, পিঙ্গল; দণ্ড ); শাস্তি ( punishment )। রাজনীতি মখল্ অমা, ( সাম, দান, ভেদ, দণ্ড )। তেঙ্গোল বেহ শেম্বগী মখল অমা। চৈ, চৈশু। ধাত্রী — মপী; ধন্যা—লাইবক কবী, পতিব্রতা = মপুরোইব নিংবী, সতী, পর্ব্বততিলক = নূঙ্গী ফম্ফম অমগী মমিং। প্রবাল = অঙাংব

পোহাল ; প্রিয়ঙ্গু = লৈ অমগী মমিং ; বন্ধুক = লৈ অঙাংব জাৎ অমা, অসন। বাগ্দান্ = ব্রা লোইরতুনা ইচা নূপী পীরে হায়তুনা দান তৌবা। বৈদেহী = বিদেহদেশদা লৈবী ; বিজয় = জয়, লানৃঙম্বা ; বিবাহজয়মালা = লুহোংবগী লৈ পরেং ; বিশ্রাম = পোথাবা ; ভদ্রে = খঙ্নদব, চহি নহা ওইরিবীদা সন্মান তৌনা কোনব মীঙ্গৌ। ভাগ্য = লাইবক্তা তম্ব, Fortune ; ভার্য্যা = লুহোংতুনা লৌব নূপী ; ভোগ = ইন্দ্রিয়না বিষয় চাবা হায়বদি মিংনা ফজব অথীব নচিংবা য়েংব, নাকোংনা মখোক্তাবা-নচিংব অসিবু ভোগ (enjoyment) কৌই। মধু = যু, খোইহী, বসন্ত ; মহাব্রাহ্মণ = অচৌব ব্রাহ্মণ। মসিদা খজিক্তং করেপ্পনা শিজিন্নে। মহিষী = অভিষেক তৌরবী রাণী, দেবী (অমর) মৃতুকাল = শিরমদাই ; যক্ষিণী = যক্ষ। লাইজাত অমগী মমিংনি। মখোয়গী নূপী। রতিপতি = কামদেব। রাজ-লক্ষ্মী = নিংথৌগী লাইরেম্বী, লৈপাক পুবী লাইরেম্বী ; লতামণ্ডপ = উরী-ব্রারীগী কুঞ্জ ; শেফালিকা = শিঙ্গারৈ ; সতীত্ব = সতী ওইব মতৌ, (chasity) সপত্নীমর্দন = সাধারণ অর্থদি লোন্নবী নৈব হায়বনি ; হিদাক অমগী মমিং-নিনা Proper noun নি। স্বজন = মমা-মপা, মচিন্-মৌপা, মতোন্-মন্দোল্-নচিংব মথৈবু স্বজন কৌই। সপ্তর্ষিমণ্ডল = ঋষি তরেৎ পুম্না লৈব = The Great Bear or the constellation of the Ursa Major. ঋষি

৭ = মরীচি, অঙ্গিরস, অত্রি, পুলস্ত্য, পুলহ, ক্রতু, বসিষ্ঠ। সখা = চান্নব মরূপ্। ( কৃষ্ণগা অর্জ্জুনা 'সখা' কৌনৈ )। সমুদ্রগৃহক—ঈশিং মন্নান্নদা শাব-কালেন্-য়ুম্ ( Apte ) ঈশিং লৈবা নত্রগা সমুদ্রগী ময়াদা শাব অঙাংব প্রমোদ-গৃহ ( pleasure house )। মসি palace দগী খন্না লাগ্না লৈনৈ। প্রতিমানাবর্ত্তা অমদি কালিদাসগী মালবিকাগ্নি-মিত্রদা হায়। সূর্য্যামুখ— সুমিৎকা মায়য়োক্লব হায়বদি নোংপোক ওন্ন য়ুম্গী মমিং অমদি বিবাহগী লাইরেম্বী 'সূর্য্যা' গী মূর্ত্তি থম্ব য়ুম্। পণ্ডিত গণপতি শাস্ত্রীনা হায়—সূর্য্যাগী অর্থ লুহোংব নৌরিবী, অনৌবী হায়বদি পদ্মাবতী। অনৌবী পদ্মাবতীগী শঙ্গাইগী মমাং থংব কা। ভাগবত ১০ স্কন্ধ অহান্ন অধ্যায় শ্লোক ২৯ শ্রীধরগী টীকা। সমাচার = ঈ-পাউ ; সম্বন্ধি = চারৌ-মৌরোনবদগী লৈনব মরী। ভারতবংশদা পোকপা— শকুন্তলানা পোক্পা দুষ্মন্ত রাজাগী মচা ভরতকী মচা-মশুবু ভারত কৌই। মখোয়গী বংশদা পোক্পা। উদয়ন অর্জ্জুনগী মচা অভি-মন্যুদগী থিথরক্পদা ২৫ শুবনি। ( বিষ্ণুপুরাণ অং ৪/২১ )। অর্জ্জুন-অভিমন্যু-জন্মেজয়-শতানিক (১) — অশ্বমেধদত্ত··· শতানীক (২)·······—উদয়ন।

---

## অরাব চুমথোক্‌পা

| লামাই | পরেং | অরাব | অচুম |
| --- | --- | --- | --- |
| ৪ | ৩ | চুম্না | চুম্না |
| ৪ | ২১ | বৌবজরাবথরণ | বৌবজরাবারণ |
| ৪ | ২১ | ঙদা | মঙদা |
| ১২ | ২৩ | থারবদা | থাঁরদা |
| ১৭ | ২ | উদয়ণ | উঁদয়ন |
| ২৫ | ২১ | আর্য্যাপুত্রবু | আর্য্যপুত্রবু |
| ২৬ | ২ | চটী | চৈটী |
| ২৭ | ১৪ | খোংনবব | খোংনবক্ |
| ২৮ | ১৬ | মবকুম্ | মবুকুম্ |
| ২৮ | ২২ | নৈয়ে | নৈরে। |

